# মাহৈ মচং খরদং

ইঅখগীদি ইনাক খুবা ইমুংগী শিংদৈ থন্না থম্বগুম থম্বা, কোটচাও পাখোক্লা কৌপোৎ হৈবগুমং হৈজবা, চাখিনবা হামদজুনা অরেম্বদা উচি চাকহোম তাবগুম; অইবগী কো দোমৈক মতেং লৈতবনা চেথাও শাবা ময়াংগী সেক্রফালাদা থাংগৎলুরবদা ইকাই খুম্নবদা মহিক চারবা "মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা" পাঙ্গল থৌনা হাপ্পীজনা নিঙোল চাকৌবা নংনমবা সনা চন্দোক-পিবগুম, লেম্বং লুপা ৬০০ মতেং পীবিজনা লাইরিক ওইনা কোংদোকপা ওমজ্বীবগীদমক্তা নিঙোলশিংনা মপা মবুংশিংবু কাওবা লৈতনা নিংশিংবগুম একাডেমিবুস্থু কাওবা লৈতনা ইকাই খুম্নজরি।

# সম্পাতি

## চংশদবা নিপাগী শক্তমশিং

| | | |
|---|---|---|
| বিহুর | — | লোমী জর্জগী |
| গোপাল | — | জর্জ |
| সামু | — | জর্জগীদা থবক তৌবা |
| নন্দকুমার | — | মচানিপা জর্জগী |
| ইবোহল | — | অহল অমা |
| জিতেন্দ্র | — | ইবেমহল মচা |
| পুলিস | | |
| রামু | — | রজনি মচা অহল |
| ১ নং | | |
| বিজয় | — | ,, মচা 'তোম্বা, |

লোয়বনা লৈকাইগী মীশক থর ১নং পুলিস থর

## চংগদবো নুপীগী শক্তমশিং

| | | |
|---|---|---|
| রজনি | — | জর্জগী মচেমা |
| ইবেমহল | — | নন্দগী নুপী |

# সম্নাত্তি

পাক চাউরবা ষ্টেজ অহুগী শকক অহুমথোক্না থারদোকলগা শকক অনি অমা, ১স্নুং শকক অমা অম্নুম্না থমগনি। শকক অনি চাউবসি গোপাল জর্জ্জগীনি, ওইরোমথংবনি। এরিয়া (এ) হাইনা থংনশি। য়েংথংবা শকক অমগী মফমশি লাই-য়রবী য়ঙ্গনিগী ঈনা কুপ্পা য়ুমনি এরিয়া (বি) নি। এরিয়া (এ) য়োমদ ষ্টেপিং লেদদয় লৈ। মী চংলকফম থোংজাউ পাদান য়াউবা লৈ। মওং চান ফমু' মচা অম। সাইড টেবল অমা-মথক্তা টেলিফোন লৈ। লুকিং গ্লাস লৈ। অঙাংগী নাক্তুম লৈ; মমাং থন্না হাইগৎনা ওইথংবা বিদায়রোমদা কিটচন রুম লৈ। ফমফম চিয়ার মকম চানা চানা লৈ ষ্টেপিং মথোংময়াদা টুল মথক্তা রেডিও লৈরি। এরিয়া (বি) য়োমদা ককলাং কিম্বয়ে এরিয়া (এ) গা থোইদোক্না থেয়রে। মাঙোলদ আরাম চৌকি লৈ। এরিয়া (বি) শি জর্জ্জ গোপালগী লৈথিল্রবা ময়াম্বা গোকুলগী মতমগী য়ুমনি। এরিয়া "এ" এরিয়া 'বি' অনিগী কারক্তা য়াম্না তান্না চেকশিন্নবা কোম্হোং অমা উরি। মহু এ ১স্নুং বি গী চংথোক চংশিনলনি। মতম অয়ুকনি আফিস কানথ্রবা।

কোম্হোংলোমদগী লোগী মাম্বা (বিহুর) মী অমা, ফোং-বোড়া অমা লেংথোংনবগুম পূহনা এরিয়া এ য়োমদা চংখি।

হৈশিং দগী নন্দনু আফিসগী ফিরোলদা কুমথরকই। এরিয়া বি য়োমদনু মতাং অমতদা য়জনিনা য়াচেং লংথোরকই। য়ামুনা পায়া শি

নন্দ— সামু চা থরদি থকখিগেদবা।

সামু— য়াদি বাবু মচা (মখুংদৈ)

ইবেমহলনা থোংউপ কি অমনা নাম্থোক্লুনা পুথোরকই। নন্দগী মমাংদা থমই। চাকসংয়োমদা অমুক চ'খি।

য়ামু— ঈমা চা থকসে। (পায়াশিবা)

বিহুর— (মপাল্লোমদৈ) সামু, কনা লৈগে? হো-সামু।

সামু— কনানো (মখুংদৈ) (থোরকই) কনানো করি হাইগে ঐ সামুনে লৈয়ে।

বিহুর— ঐনে। কৌ কারকত্র। তাইবুঙোথোই আফিস লেংথ্রবরা; কনামত্তা লৈতবরা?

সামু— তা-বিহুর; লেংশিল্লকউ বাবু মচাসু আফিস চৎকনবগী লৈরি।

বিহুর— [হুমাং : নথোক্লা চংলকই] ইবুঙোদি চৎপীরমজ্রিদনা [ওক কমই]

এরিয়া (বি) য়োমদা পায়া শিরিডৈদা য়জনিনা মক অকোপ্পা অমদা চা পুথোরকই। মমা মচা থকলি।

নন্দ— কৌপোৎ কয়া ওইবিরবনো তাদা?

বিহুর— কুহ্ন খকনি পরিঅমথকি। কৌথোক থরাহল্লে।

চরুদি ইয়াম্বা শিজ্জন্নবগে। লেমহৌবদি থাউত্রি।

নন্দকুমার— অহলগস্ রাবি অত্বক শান্নবিথো। ঐহাক্তিদি ইয়াদ মরাই।

বিত্বর— কৌসি অমুক্তা হোনজন্নুথিগে। [থোকে তৌবা]

সামু— ঐস্ রাউগেনে তাদা। চাম্নু লোল্লি চা থকখিনিদনা।

বিত্বর— ছুমাং তাথোকখিশি ইবো, কোম্না থকশি।

নন্দ সামু তাদগা কৌশিংত্থ অত্বক্তা হোনজিনমিন্নকখো।
(পোজ) ইবেমকল চাত্থ তাদ বিত্বরস্ লাকলি সামুগা ঐথোয় অত্থমগী হাউনা শেমলকই।
(বিত্বর হৌগত্থুনা থোংলোমদা থোকখি। সামুস্থ হৌ-গৎলকই।)

নন্দ সামু, কৌটকি সো'ত্থ পায়থো।

সামু— খাংলিদা কিত্থনা লৈজবে।

সামু-বিত্বর খোঙ্হোংলোমদা থোকখি।

সামু ১সু' রজনি চা থকপা লোইরকলে।

সামু ১সুং বিত্বরনা ডয়া হননা ৪/৫ রক কৌ হোত্থ রজনিনা উরকই। সামু কো'ই অমুক কান্দুন লৈরি। এরিয়া (এ) থোমদা হবেমহলনা চা কপ অহমথক থমই। অমনা নন্দ মমাংদা থমই।

রজনি— মখোয়গী কৌ কায়কলেদনা রামু ?

রামু— ঐখোয়গী কৌ য়াওরক্, তাদ বিহুর ?

বিহুর— য়াওরক্তে য়াওরক্তে ( ভাংমা ভাংনা কোটলোমদ চংখি )

রজনি— ঐখোয়বু 'ঙুম কংদ'শিরো হায়রি য়ায়বে মখোয়না তৌরিশিবু ? ঐ হয়ক্তি্ কাওবা চখোকয় ।

নন্দ— চা অমমম পাইয়ু ।

('এরিয়া এ নন্দ চা থকলি । রজনি য়েন্দায় পুহ্না থোকখি । সামু-বিহুর চংলকই । চা থকলি )

নন্দ— নহাক নবাউস্নু লাকচরম্মী । তাদ-থেংনদরে । ইতৈ-মনস্নু তমললমগনি । ঐখোয়গী পাউ নত্তনা কৌ পি-বি'খিগনু অশোমদ ।

বিহুর— শোমদগী রা য়াদনা ঐ অরাম্বা অমপ্তা তৌজয়োই । ( চা থকলি )

নন্দ - চুরূট লৈজরে পাইবিয়ু । ( থোপ্রাউ খাউদগী লৌথো-কতুনা পমই )

রামু— (এরিয়'-বী মখোয়শি মঙক হায়গৎকদৌরি । বিহুরসি ঐগী ইগুল থরদি থংহবা তায় কোয় কোকপা তোক্ত্না লৈরী ) বিজয় কোঙ্গোং লোমদৈ চংলকই । রামুনা থক্লম্বা-মক্তা মশামক্তা চা হৈ ।

রামু— বীজয়—লাকও চা শিদা লৈরে । নমিৎ নবা শিংউ ( বিজয় চা থকলি । চুরূট মতেক অমা চমই । )

রামু— ( এরিয়া "এ" রোমা চংলকই - অশাওবনি ) তা-বিহুর ঐখোয়গী কৌ শরুক কাবিরক্ ?

বিহুর— তত্তনা পুরকলবনি। ইবুঙোখোইগী রাজি ইরাখা থংদরে! ঐহাক্তি লৌশ'ল চাবনি। ( রামু হকং হন্দা ঊশিং হোল্লি )

রামু— হৌখিবা চহিদা ফোপোৎ ১২; হুন্দ্ তমগদবদা। চহি খুদিংগী অহল লৈরিবৈদা পরি মঙাগী লৌশাল লাকলমই। অহল লৈত্রবা মতমদা পরি ৪গী লৌশাল ককখ্রে। ঐখোয়দা ভাব অমত্তম্ তা•নত্রিবশিবু করিগীনো ? করম্বা মওং লৈবগে ?

বিহুর— লৌকমশিগী মরমদা নহাক জ্ঞান তাররোই। মমাং চহিদা কাররকখিবা ফোপোৎ ১২ অহু পরি অমগী শরুক্রি। নখোয়গী ফংকম থোকলবনি।

রামু— কমদৌনা ? অহল লৈরিবৈ মতমদনা পরি ৫গী ফৌ-পোৎ ৬০/৬০ কংলমলগা। অহল লৈত্রবা মতমদা করিগী লৌশাল ওমলত্রিবনো ?

নন্দ— মরম লৈরমগনি তাদা॥ অহলসু লৈতে — কোম্না ঙা' নঙন' ফগনি।

রামু— কোম্ন' ঙাংনা পাম্বা মী নত্তে ঐ। পরি ৪গী ফৌপোৎ পীদবা য়ারোই। হুইগং থাংবগুম লেনগদবা পুন্সি নত্তে লাইররবসু। ( লাউনবা তাহুনা বিজয়সু কক-লাংদা পাউ অমুক তানবা লাকই )

নবা— তাদনা শাউরিবহু চুমদবা নত্তে চুমলমগনি। লৌপরি তরাগী লৌকম অসি ইলখিব্রবা বাজিহনগী মগা অমা, ঐখোয়গী মগা অমা। মতমচুগী বানি অহল লৈনরিবো। লৌগী নামজারি তৌরি। অহল অনিবু পোকপা ইথোগী মীংদা অচুমক লৈ। পাটা তোখায়নদে। চহি ১০ হেলক্কলে লৌকমশিংশি ঐখোয়না পায়-থকপা। অহানবদা অহল অনিমক প্রেম কায়নদনা ক'রকলিবা কো অতু ভংখাই চামিনরমগে হাই। অতুবু লাইবক থিবা হায়গদ্রা বাজিহননা থুপলমদাইদা লৌপরি ৭ থক মীশক অচুদা সাক্ষি সাবন কনা খংহন্দনা য়োনথোকলমলে। মাংলুরবা লৌকমনি। অতুবু বাজিনা লাই-গুরুগী লৌকম থোকই হায়রুনা হন্দোকলে মসিদা তাদখোয়গী করি ফংদমবু লৈরি?

রামু — করিগী লৈরোই। শেমজন শাগ্রন্দুনা মীবু থাগ্রহনবা ভাংবা সাক্ষি লৈতবা থবক্ত অহল লৈখিরে হায়রুনা মোনোপোলি পোলিসি শায়রবদি য়ারোই। রাকম কয়াশি লৈনরবদি অহলনসু শে'য়দনা থুপলম-দাইদা ভাকলগনি। (পোক্ক) অচুগা তা বিচুর নহাক্লল পায়বা খবগী মখোং কোল্লগা কাননবা ফংননবগী চিরোপগী লুপা ফংমনবা হোৎনরিবহু করিমু কানবা ফংলোই। রামু ঐভোন্দদি কদর কদর থক য়ারোই।

বিদুর — হঁ। হৌদি রানো ইবুঙোনা হায়রিরিশিবু ?

রামু — করি রানোগা নত্তে তাদা। ঐহাকসে নুপী নত্তে. মপা গোকুলনা পোকলম্বা অনিগী অহল রামু হায়বছু ঐনি। ননাও থোরদা মীনবীগে হায়না খনবি য়বদি থরাই মাংবা পাম্মুরক্কবী মওং লাকনি।

নন্দ — তাদা অমুক্তা শাউবিথিগন্নু। হাইনরি হাকমশিদা করি ফংনিংদাইবু লৈবগেনে। লৈরমলবস্নু করিগী ফংদনি।

রামু — করিগী লৈরোতদৌরিবা ? পরি ১০গী পাটাশিবু কনাগী মীংদা লৈবগে মচিন মনাও অনিগী ৫।৫ নত্রা ?

বিদুর হঃ-হঃ ঙারখো ঙায়খো! মহুমদি ঐহাক্সু সাক্সিনি অহানবা ওইরমলবস্নু শৌজিক্তি নত্তবনি। হৌ থিবদা কৌপোং ১২ কাথিবছুস্নু তাইবুংগানা কং-শি তারে থরা পিবিখিশি হায়দুনা থায়থিবনি।

বিজয় এয়িরা এ রোনদা চংখি।)

রামু — তা বিদুর। খুরাগী মনাক্ত মীনাই ওইরম্বা নহাক্না মীনাইফম চাউননবা নোঙ্গরিবশি রামু ঐঙোন্দদি থক য়ারোই থংউ।

( শামু থোরকই। ক্ষিতম শেম শায়।)

বিদুর — লম হায়গৎনা লৈ হায়ববু ইবুঙোদি রাঙাংশি ওহোক্লারাউখ্রেদা॥

মঙ্গ — শাউনগুমশি কৈদৌগে।

রামু — মশানা য়াউ তাবনি অহল। উকিল লৈবা অহলনা থক হেল্লোই। মশাক্না নাউথি শাজরিবশি ইথুরানি কাউগ্নু। কেস চংথনরগা অরাবা তারকনি।

বিদুর — ইবুঙোগী নরল চাখিদে ঐ। ইবুঙোগী লৌকমন্নু শোকপা লৈতে, তৌদা তৌরকউ ইবুঙোনা থোকপা।

রামু — তৌগদা তাদ। বন্ধব থমখিবদা শরি ৭কি ইনখিবা চেন্থু পীরকউ কদায়?

বিদুর — হন্দোকখ্রবহুনি লৈ চন থোক্লবনি।

রামু — হন্দোকপে হায়না তনখিবা চেদ্ উৎলু॥

বিদুর — থাজনবা মক্তমদা থমনরম্বনি। হন্দোকপদন্নু ঐ ইশামক য়াউরিবনি। সাক্ষিগী য়ারম লৈতে। লালমলিবদি ইবুঙোবু পোকলম্বদ্‌নি।

রামু — পুরমক নহাক্কনা থোকহল্লম্বা ঙাক্কনি।

বিদুর — হঙ্গল তঙ্গণ নং-মা শিঙ্জিরগন্নু ব্যবহার কারগন্নু ইবুঙো। (বিজয় থোংজিন্দ লেপলৈ সামুনা বিদুরবু থামই॥ বিজয় তপনা চংলকলি।)

রামু — নং মাদা নত্তে। ঐ া মায়য়োক্কদ্‌না ঙাংনবা মীদ্‌দি নিপাথংদে নুপী থংদে — তিনলায়খোম্বী তাবগুম তাগদবনি।

বিজয় — নংগী করি নতিক লৈরদনা ( নন্দস্ন রামুবু থাংই )

রামু— সি-আ শুরাগী মথি মকুম থেরা চারগা নংগুম্বনা নত্তক হাইগৎপা নতিকলা ?

নন্দ— তাদসু কারা হেনমরেদনা ( বিজয় শেরই )

বিজয় - মশানা হেক্তাতাবনি । ( রামু মথুং পাররুনা ) লাউসে, কনানবু করি তৌ' জমেদোরিবনো ? তথা জ্ঞান তাহনগ লোয়র রাশিবু । চৎসি ।

( এরিয়া 'বি' রোমদা পুথোকখি )

রামু— তাদা রারো'ররেকো । মথোয়ন খুৎ-হেক থাবদা ননাউ থবাই থাজগে হায়রুনা শেম-শা-রবনি

নন্দ— পংশাউ শাউবিরমু । ( এরিয়া 'বি' রোমদা রামু ইমুং চংখ্রগা থাং পুথোক্লুনা মুংপাক্তা থাং ফংলি )

বিজয় — মরুক ফত্তবা হায়বসিদি রাথল খম্বরমু.মরাংলগদবনি । রামু ইয়াম্ব' হন্দক মতাংসি মুংতাইতেহৈ । ইথুনগা ওইরমনবদি লিচৈ মরু মগুল থংলমমগদবনি ।

নন্দ— ঐস্নু আকিস ফাউবা য়োগদবা লৈমি ' লেংথোক-মিন্নখ্রশি । ( থোকমিন্নখিবা )

বিজয়,— ফনি । ( বিজয় ১মুং নন্দ থোকমিন্নখিরক্লু রামুনা উঠই । থুনমক থাংফেংগৎলি । এরিয় 'এ' রোমদা রামু রাইরম শেংদোকলি । )

রামু— বিজয় ইমাচু এসিদি য়েনশাং হাউনা থো:নমউ হাইরু ।

( রোকখি কোদ্মোংলোমদা )

বিজয় পাকানিদনে চজিক লৈবু লৈরবদি।

রজনি— চাবিরৈডদা ভাংই হাইনা সাওগন্নু। নখুৱা ম্নানবা চৎ-
লুকো। ঐখোয়গী কনা লৈতবনি।

বিজয় ইমুংদা চংহনা পেলাদা হাপ্পা চ'ক্ক, মপান্দা পুখো-
রকই রজনিস্নু ইমুংদা চহনা হৈজ্রাং, লোখোকলুই
বিজয় মথুং বাপটিন্দা হামই। চাক হুকপা হৌগৎলি।
মনামশিং মহোকলি। মমাস্নু।

বিজয়— মুসিং চুপ্পনী খুরা খুরা। খোয়দৌশি হিংননবা
খুরা তোয়না পনগ্রেরা। মীস্নু নত্রবা হৌবিরপস্নু
খংগ্রেবশিবু হুইবু হায়গনে। বিহুরনা খৌজিল্লিবা
মখৈ য়াবশিংসে। কৈদৌদোরিবনে মখোয়না:
শঙ্গল খাশি ওনা। মখোয়গা তিন্নগুমশি।

রজনি তপনা ডাংউ। মীনা তাখ্রগা নংবু ফত্তবা তাখ্রনি।

বিজয়— তপপদি হায়কনু। রাডাং উংতাং পাইরগা লাউ-
শনগদবনি।

রজনি— ফননক শাউনিংবা লৈরবস্নু খুরা হাইবশিদি ইপা-
মক্কি খনগদবনি পুঞ্জিগী কায়দবতা ঙমগদবনি।

বিজয়— কিমু শেংগশিংবু ইপামক্কি থবা, হন্দবা মরকশি
থমোকদ লৈতৈনা খাবগুম থোকলিবনি। ইংশি
অমত্তা লৈতবা হৌবীমল মহেৎ অংহা শক্তুবা
শা মরক মী মরক মচা মগুবুপ হৌবীগল খংদবা
শেলন্দবু মীহৌশা ভুইংসি ভুই॥

এরিয়াএ য়ৌয়তা সাবু শিং হোনজরি, ঈশিং হোৎজরি, চাইহাক্ত নৈপতে ইবেমহল খুগ থারি ।।

রজনি— ফুংঙাইতবা কয়াহ্ন থাংবা ঙমউ; ইমা ইচাগীস্‌ মতম লাকখিনি।

বিজয়— মতমহ্ন ঙাইবদা শিংদোয়ে থাং কংলে চানিংঙাই নৈত্রে শিরনিরে। মতমহ্ন লাকলয়োই থক ঐখোয়গী খুদোং চাননবা। রা ঙাংলকয় চাক চাবা থাবাক কুম্নি। (চাক হুকলি)

এরিয়া এ, অঙাং কপপা ভাই।

ইবেমহল— (মনুংদগী) সাবু অঙাংশি অমুক্তা লোথোকলো লাউ চাকশি লোয়শিন্নবা হোৎনগে।

(স'মু অগা পুথোরকঁলি, কপই। "বি" রজনি মনাম শিং শোইরি।)

স মু— কপকনুকো হেক কপ্পদা মকোয় খুহ্ন শাং মন্না শিংজমুক চাউবা' মমিৎ কোরিমুক ঙাংবা ভপতা লাকচনি। হুম হুম (খেম্বা) ফু: ফু: য়ে'উ। দা খোরকলে পাক্ত্রা। মকু অমম্ব তোংলেনহৈ। মমিৎশে, ইস! ইস! কিজৈ। নোংমৈনা কাপশিকো দোঙ দোঙ দোঙ (pause, আ: শিরে (কপলি)

(নাউঙমদা থমই। হাইহুনা শান্নরী।)

ভুম্মু, ভুম্মু,। (কপলকই)

সাম্নু — মাউওম 'ইশৈ" শকই।

১। তুম্মু তুম্মু নঙবু তুম্মু॥
মকু থোংলে পীয়ো পীয়ো
লমছুই থোংলে উয়া উয়া
তুপ্তা লাকলে শোয়ো শোয়ো॥

২। য়েংউ য়েংউ থাজ য়েংউ
ময়া শিংজং শিংজং পাকপা
মমিৎ চকু চকু লাউবা
নংবু ফাগে লাক্লে-কিজে।

৩। থাজদগী হৈবোং চয়োং
নংগী দমক থাদয়কে
শগোল নাত্রং লমজেল য়াংবা
নংগী শাদোং ওইহনবীগে।

৪। নংনা হয়েং চাউরকলগা
চাউব, শারেপ কারক্লগা
নংগী ইমা কাউগনু
নংগী পোপো ঙুংশিয়ু।

সাম্নু— ইচেম্মা থেম্বা য়াদেশে। পাথং ঐথোয় হৈনদেশে।
য়ুবরা থংদে পংকপতা কপই।

ইবেমহল (থোরক্লুনা) কদায় কদায় চাক অমুক্তা লোইশিনগে তৌবনিনে। (.পীব) কাকানা পয়াবু ঙুংঙাইত্র.ন
(অঙাং ইবেমহলনা পুশিনথি। সাম্নু ইমুং থবক অহুম তৌরি)

বিজয়— (থয়াইতানা এরিয়া বি য়ে'মদা লোকলকলি।

রজনি কৈদৌরে? (পাউথুম কংদবা) নংবু ঙাউদোরিবরা! তৌরিব্রু।

বিজয়— ঙাউবা? ঐ ঙাউরেনা - ঐ ঙাউরে। লৌ পরি ংগী ফৌপোং কারক্কবা মমিংতা তাচৌগা ঙাংনথিবা তাবমক্তগী হকচাংদা চেল্লিবা অঙাংবা ঐ। ঐশিংগী পন্থুংকম লমন থুন্নবগী রাথলদা ঐগী হকচাং কায়াং

পুন্নমক থব'ন মিচাক্সম তনিক তনিক চো'ঙ্গনা ঙাউ-
রকলবনি ঐগী য়েক্রব'শ' মক ফংবা মা'হনগনি
ঐগী য়'শক মশিমক্তি ঐগী অহাম্বা য়াশক।

রজনি— নো'মগী চাক চান্না জমত্তং ফংনবা হোৎনবদা মী
পুন্নমক অচা ক'র লাউনরবশিদবু মী ফত্তবা তমলবদি
কন'নবু ঐ'াহবু হুংশিবিরগনি। ঐখোয়গী মহুম
চ'ঙ্টি্রিক ষ্টবা নোঞ্জবা তাবনি হাইজব তাবনি।

বিজয়— ওইরোই থক, মহুম থম্নরগ শকয়ে' মীং'শলগুম
মখোয়গী চমলবা মমাই'শিং য়েংল্লনা নৈলগদবগী মহুত্তা
হু চাতনা শিখিবনা হেয়া দৈ। মখোয়না ঐখোয়বু
কংশির্বী ন্দ্রগা করি তৌনৌব্রিবনো? থংউ ইমা মী
হাইবসিদি মরুপ মপা'তনা ওনশিল ওনশিল
হাৎনবনি

( গোপাল কে ন্তোংলোমদা চংলকই )

কিমু শেৎপ থরনা ঐখোযগী পুবচাউশিবু থলহন্নীবরা?
মখোযশিংদি জাচ'কা থু'গচ'বা য়ে'লগা লমন
থুম দোবীবনি ঐ ইশা।।

( গোপাল ; 'বিম 'বি' চংলকই )

গোপাল বিজয় য়া ঙা'গ থম্নবনি' থম্ভ থম্বগা ঙা'নবা'
হোৎনৌ নখোয় শনবগা শাথ মী খাউবদা থান-
জবদ নখোয়গী শন্না মী চো খোকশিরকনি। ঐবু
কনানো হাইবত্ত থংবগ' য়া' ঙা'টে।

বিজয় খুরাবু মশক মুন্না থংই। চৎাগা পোকমিন্নরি ইপা শকপা ওইরবস্মু মাগী মচাই মঙ্গ কা খোবলগা। 'শবা নাবা থাদবমখৈ হোৎনবিবা। ঐখোইবুনা নারক্তা লৈবা শা ডাগুম থম্বীবা খুরানি হাইবস্মু উরবনি। হৌদোং মখিৎ পানবনিন।

( রূপনি মেঙ্গাং পুশল্লুনা ইমুং চংখি )

গোপাল — তো তো মতু থনগন্নু হায়বনি। নহাক্কা ঙাংখিবা পেন্দবা কয়াগী খোমাইছু ঐ তায় থংস ১ মুং উই। অহুবু পুন্নমকশি ঐন ‘নংথো ওইবস্মু মৈতাল রাৎলোই। হাৎনিংডাই লৈতে। নহাক নহানি। ছৎখিলিবনি জ্ঞান ত ড — শাইবা, চমগন্নু।

বি — শাউদবা ডমলোই। ম'ৎ ডাবে — । না'কাং পংদে। খোং খুং য়াউরি। ঐ, মা অমনি থরাহ পাম্বা।

গোপাল— অহুমনা ঙবু মাকন শাংনা। মরো থম্বা ভারবদি নন্দস্মু অচল লমন মবিগী খুংডাহনরক্তব, য়াই। মী পুন্নমক হোৎনবগী মথা পোন্না খুংডাইপিব ডাকনি হাইবসিমক্ক থক কাউগন্নু নিংশিংউ।

বিজয় খুংডাইবা ডমত্রে লাইরবগী মচং লৈতে হাইহুনা ঐ মডাইরে হায়না নাপল কাবিগে মশিরা খুবানা।

গোপাল — নাপল কাবা পাম্ব, মী নত্তে ঐ খনস্মু খনগন্নু। নখোইগীদমক্তা হোৎনরিবশি হোৎনদে হায়গেরা?

বিজয়— করি হোৎনবিদনা?

গোপাল— ঐখোয়বু পোকপা অহলনা ইচিন ইনাউগীদমক্তা লৌ পরি ১০ থম্মীরমই। লৌগী পাট্টা হিজোলগী পাট্টা শেংদোকনশি অহল লৈরিঙৈদা মহাই। ইচিন ইনাউ মোৎ মান্নদবা মানথিনি প্রেম কাইদনা অহনগী মীংদ পুন্নমক নৈসম্ন ইশা ইশানা কারকলিবা লৌ-শাল ফৌ অহু থমোই শেংনা য়েনথোক্নশি মহাই মহুম্ম ঐ য়াই। য়াদবম্মু তৌখিন্ত্রি ইযাম্বনি থম্ন। মতম থর লৈরগা কনা-ত্তা থংহন্দ তাহন্দনা লোম্না পরী ৭ জুম্নারদা শিং নাননা থাদোকলমলে। ঐগী ফংফম থোকপা লোফমদগী শু পরি ২ হেনজল্লমলে। ঐ করিসু হায়থিদে ঙাউবা হৌনবগী ঙাউরিবনি থন্দুনা লেমহৌবা পরি ৩ দগী অমা থাইহুনা হৌখিবা চহিহু কাউবা নহাক্না হিংল্লিবহুনি হৌজিক লৈরিবা। ঐগী পরি ১০ শিদি হৈশাগী হুমাং—মম্না তাম্বনি। থাজব্রগা ইতৈমদ হ উ-ঐবু শাউগন্ন। লৈত লাইর তাথোক তাশিন তৌহুনা হিংশি। ইতৈমা অঙাং-শিংবু শাউহন্বীন্নু।

পম্বদনা এরিয়া (এ) য়োমদা চৎখি।

রজনি— মা অমদি লৈবা ঙায়। নখুরাগী রাশি ইমা জান ঙাদরে।

(বিজয় মচিন তেংথোকই। উখোংদা ঙাহনা লৈ।

এরিষা এ রোমদা : গোপাল চংলক্‌মা রেড়িও থাগৎনা পাউ লাকই, সুমি দাং পুং ৭ মথাইগী

( পাউ ) সুমিদা·গী পু: ৭ মথাই ভাম্রে। মনিপুরদা পাউ তাবিশি। আকাসবানি ইম্ফাল রাজেননা পাউ পাজরি। ঙসিগী খীকমদা মতিক চারবা নহারোল কয়া থবকী মতাংদা একাদমিক এভ হেলহুনা খুদোং চাবা থবক ফংনজে।

গোপাল চংলকই। গাউও লৌথোকই। ভাইহাক কমই।

মসিগী হৌরককমদি শেঙ্গ-থুমজা হাকমম্বনগীনি। হাবী-জাবী লৈনজ্রবদি এজগী মতাংদা নিংথাই লৈরমোই নহারোলগী ইমাং থোক্লোই হাইনা ওপোজিসনগী হশক নাইবা অমনা মোব তৌরকথি। মহু থম্নপনি হায়নম্ব মথা তানা হায়থি। মনিপুরদা রাজনিতি দোলশিংনা চোংথোক চোংশিন তৌরিবশি তৌদনবা এম: পী:গী ইলেক্সনগুম মানা মানা পাম্বা মিনিষ্ট্রি কম অহু লেপহম্বা পার্টি চোংথোক চো·শিন তৌরোই হাইনম্ব শ্রীসিংহনা মথা ভানা পনখি। মরু ওইবা পাউ অমুক লৈজয়ে থবকী মতাংদা একাদমিক এভ রেংলগা পুন্সি মাংদনব' শিনগদবনি। এম: এল: এ:গী মহুণ্ডা মিনিষ্ট্রি কম ওইন' ইলেক্সসন তৌবম্ব পনথি। ( পোজ ) আকাশবানি ইম্ফালদগী তাবিরিবা পাওশি হৌজিক্কা ফংবা পাউ অমা। ঙসি সুমিদাংরাইরম ইম্ফাগী মোংচুপ থংবা চিংগে ল ময়াদ, নিপা অমা মঙ্কা মশাগা তোঙান ভানা লৈরমলে। পাউ লোয়জয়ে। ( রেডিও মুংথংলি।

মায়ুবা ঈশিং গ্লাস অমা থমলি। তাউরেগনু।

গোপাল—রামু বিজয়দু মশক থংদবা মীশক থরনা থাংনা য়াল্লমে!

আবিস কুণ্ডলকপদা তাবা পাওনি!

রামু—আম! থাজবিদ্রেবা হুস! .... .... ...

এরিয়া " বী " য়োমদা রামু মথুত্তা
ঈ তৈবা থাং পাম্বুনা চেনশিল্লকই
মমা অমসু মনাও পাখৎলি।
গোপালনা শিজিন্নবা গিলাসতু
সামুনা পূশনখি।

মমা-মচা—( পাখৎনা ) কৈদৌরে!

রামু—( মাইথোং পাখৎপা মওং ) তুমিন্ন লৈয়ু। য়া ঙাংহু। ঙং হৈমাবু পূহুনা মফম অমদা চেনখ্রে। ( পোজ ) এরী থুত্তা প্রারব্রিবা ঈ তৈরবা থা.সি উরবরা? থাংগী মরাদা ঈ তৈরকপরদি কনাগী মথৱাই তৌরমগনি?

রুকনি কনানো হায়রু হৈরাদা।

বিজয়—কনানো?

রামু—তৌবান চাবগী শাদোং বিজয় হাৎলমনে।

মমা-মচা—করি!! ( মমা ) বিজয়বু নংনা হাৎলবা!! ও!

( মকোক ঙাউবা )

কোয়োংলোমদা পুলিস ৪/৫ চংদকই তোর্স্ট লাইট লোয়নবা রিভোলভর পুথোক্নুনা মথুং থাগৎহল্লি। য়া অমত্তা ঙাংমদে কন্সটেবলনা মথুং তুং পুম্না কাবা।

গোপালতগী থমোইদা থজবা, হায়রোকপা তমথদবা মহুৎকী আইতিয়া অমা তাবত্তা থগ্ননবা ঈলৈবা এরিয়া এ অমমুং (বিং;বু খুদম কংহল্লি। গোপাল তরং-মানবদা তাউরি।

বিচারপতিনি ঐদি

অচুম অরাব থায়রিবা

ইচা মীচা নাইদবা

বিচারপতিনি ঐদি

ঈশ্বর নৈবি ঐখোয়গী ইথক্তা

ওইবকনি কাংমগদা অম

মামু মথুং পুবা। মমাদা

থুমথা। মমাওম্বু কোয়া।

( মায়েলশংগী বিচারগী মাথল )

( এরিয়া (এ রোমদা )

Your honour, "এ' হাইরিবা মীশকসিনা " বী " হায়রিবা মীশকসিবু attempt তৌই হায়রিবসি "এ" গী মথাকী ঈ তৈবা থাং রেপনবগী খুদম লায়রবা নৈবি। Punishment for murder section 302 গী comment মথুং ইবা The section provided punishment for murder section 304 for Culpab e homicide not amounting to murder,

এরিয়া "বী" রোমদগী মামু পুলিসনা তপনা তপনা লোংগালদোমদা পুখি। বিক্ত অমম্পুং রক্তনী থোংগাল কাওবা ইয়রি।

বিচারপতিনি ঐদি
অচুম অরান খায়রিবা
ইচা মীচা নাইদবা
বিচারপতিনি ঐদি ॥

ময়ুনি উখোক্তদা ভাহুনা কপলি। বিজয় মথুরা গোপালগী মুখলোমদা চংলক্লি। গোপাল তরংদা অহুমক লৈরি। কমাম্না মীংকী পী তৈখোক্লি।

বিজয়— (মথুরাগী মখোংদা ভক নোম্না) খুরা ভসি নচা শক্লবা ইপা লৈজরবা ঐহাক্. ইপামক্লি থন্দুনা খোং পায়হুনা হায়জরি। তাচৌবু অমুক্তা অরাকমদগী কন্থীয়ু খুরা। হু তরেং পুন্নবা অধাবা থম্মোই চেনরিবা তারবনু। ঐবু পোকপা ইপামকপু মুংশিবিত্রবনু অখোক অমদি ইথৌ লাই-গুরু পুমমকপু নিংশিংবিহুনা নচা শকলবা তাচৌগী পুন্সিবু অমুক্তদি হিংহন্থীয়ু খুরা। (পোজ) ঐ থংই কত্তবা তমখিরবা মীবু মুংশিবিগদবা কনানু লৈরোই কনানু তাখীরোই। বিহুরবু লমন থুমখিবদা খুরাগী মাংজবা কবিসু নত্তে। মীহাৎপা কন্নাগী পুন্সিবুদি চহি কাদনা কনবা ভমলগ, শাগৈ অমত্তগী ঈ নচামক্লি থন্না য়াম্নবা নচামকনু ওইরবা তাচৌগী মপুন্সিবু কন্বা ভমল-রোই ? (পোজ) হায়ম্বীয়ু অদোম কনানো ? অদোমবা বিচারপতি—?

গোপাল— বিচাপতিনি ঐ নথুম্বানি ঐহাক। ঙিংহবা অমম্বুং শিংহগী মরমদা ঐগী হক লৈতে — পাকপ থোক্তে। নহাক্না থম্লম্বা য়াই "মী কয়া কয়াগী ৎমল রাম্লবা পুস্তিবু কল্লি নত্রগা কনদে হায়রা। রাকমসিদা অভাংবা নম্বিৎ উত্তুনা কোকপু অয়াবা পীগম্লু। মতমবু চোক্লিয়া শিজম্লবা চুমই। মতম কোম্বদগী থোকলিবা থবক্নি। ( পোক্ত ) তাউ সংসার'সি ঐহাক্কগী স'সার নত্তে।

বিজয়—খুয়াগী আলোচনা তাগে হায়রুণা থাং পায়জরবা নত্তে। মচানি নশুনি হায়জকম থোকপ্রা হা'হনা হায়জরবতনি। এরিয়া " বী " রজনি কপ্তুনা উথোংলা চারী।

গোপাল- ঐনা ভমলয়োইদবা মত্তাংদা শোয়দনা হায়জরবনি হায়বা থংলবনি মচু থংনা থ:না ঐস্তু নথোয়দগী নাথৈবা পামবতনি। পামহু পামপি।

বিজয়— মী অমগী পুস্তিবু হাংকে কনগে ভমলবা খুত্তা রায়েল কলম পাররিবা জর্জ্জ অমনা মচা মশু অমগী পুস্তিবু লৈভোয় মরীক অমগুম থল্লব-কো? ( পোক্ত ) ভসিদগী নচা চপ চানা থ'জরে খুরা। খুরাদি কবিস্থ লৈতবা মমপ য়াওত্রবা সমুদ্রদা লৈবা ভা মচা অমগুম্বনি।

গোপাল—ঐবু পরা'স্থু রাংনা থা'গৎলুগু। অহুমনা অহুম্মক মথল্লু। অভম্বা কনাগী মফমদা হায়জবা য়াবহু হায়জক। নহাকমক জ্ঞান লৈবনী থংলমগনি। অচুম অয়ানগী মরমদা খুদম সাক্ষি কয়া পীরবস্থ বিচারগী রায়দি অচুম্বা অয়

ওই হায়খসি। ১তু ফাঙবদা ঐবু মী-কত্ত মীসুংশি থংদম
ভাইবরন্থ কত্তে। হোৎনগনি অয়াঘগীদমক্তা অহুবু অচুম্বনা
লাকচশিবদা ঐবু মীকত্ত তাইনগমু।

বিজয়—কৈ নত্রগা ক'ত্ত হায়বসু মশক মুম্না থংলবা চাক চারগা
পুক থল্লি থ'না হিংলিবা বিজয়নি ঐহু।

গোপাল থ'বনা চুমই। শাউবগী মহুত্তা সেমথবা কৈ। নয়াম্বনা
মী হাৎলমদাইদা "থুরা ঐহাক মীশিমা হাৎপা তারে"
হায়না তাকলমবরা। তাকলম্বা তারবদি থুরানসু কনবদা
লায়না থোকলমগদবনি। শাউরুম্বু পাপকী ফল পাপনা
চাবনি।

বিজয়—করে থুরা। ঐ কনানো মশক থংবিবরা ?
ঐহাক ময়াইবক থীবা মচা ওইরমলবসু থুরাগা হেক
থংনবা মপা গোকুলনা পোকচবা মচা অনিগী অতে'ম্বা
বি জয় হায়হু ঐহাকনি মরো লৈবতু ঐহাকনি।

সামু রা তারি। "বী" রোমদগী রজনি
হৌগত্তুনা "এ" রোমদা চংলকই।

গোপাল—মশক মুম্না থংই। চাউথৎলবা মহৈগী মপাল্গ ভাংন-
রবা যুগসিদা পাঙ্গল অমসু' সক্তিনা ঐবু নমথনবা শিম্বাদি
ওইথোকলোই। মক্কমশিদগী নহাক মপাল থোকথো

রজনী গোপাল মনাক্তা চংতুনা হায়জরকই।

রঞ্জনী—হৈতেমগী ইবুঙো বিচারপতি। নহাক্তি নাকোংমক্কা তারবা মাংমক্কা উরফাওবদা লমলাল্লকপা মচাংগুম্না ঐখোয়বু থল্লবকো। খাউ গোপাল নঙুং লেম্নগা কান্নবা থক তৌগম্নু। নহাক্না ঙসি ওইরিবা বিচারপতিগী ফম কনাগী মপান্দগীনো মহু থম্না চৎকদবনি। নহাকপু মী অমা ওইবা ঙমনবগীদমক্ত চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ নয়াম্বগী হুমাং ইরিক্কা ইকায় হগোয় খিদনা হোৎনখিবহু কাউগম্নু। মহুগী লমন নচা হাক্তকত মতেং পিরবদি পেনগদবনি।

বিজয়—পিংগে পীসম্নু পিরোই তোকসম্নু। অদুগা ইমাবু ইমা ওইনা থন্দ্রবা মী। ইমানা পোকপীবা মুমিৎ থা শক্লবা নচা অনিবু খুয়াগুম্না থল্লবা কাংবুশিংহু ঙসি নচা বাপকুনা হায়জরি। ইমিৎমক্তা উবা মুমিৎ, ইনাকোংনা তাবা মতমমক্তদা ইশারেমদগী পুরোল তরেৎ ইমারোমদগী পুরোল ৭ পুরোল ১৪ না সাক্ষি ওইখ্রসম্ন। নচাগী থল্লাইগা শিম্নজখিগে। অহাম্বদা শেল্লাও পাম্নবগী শেনগাউ কক্কদবগী শেম্নরিবা থুরা, মথংদা লমহুইগুম লৌশিংগী থোয় থাক্লিবা নচা নন্দ। চোকশিল্লু! চোকশিল্লু!! বিজয় অচম্বা নত্তে লমন খুম্নবগী অশাম্বা লংশা লংজিন ঙসিদগী পাম্নরম্নি। (কোম্থোংলোমদা নন্দ চংলকলি।)

গোপাল - বিজয় মুকনবা পামলবরা নহাক। তুংগী থল্লু। নহাক্কী সঙ্গ লৈতে। ঐবু পেলহল্লু ঐবু মাহল্লু-কাম্নবা চংলকনি।

বিজয়—থুরাগী নকমদা চাননবা নিবা লাকপা বিজয় নত্তে। হায়কম থোকপা মকমদা ইয়াম্বগী পুক্নিবু কিগাও শানা কিজবা লাকচবনি। থুরানা হাপপিত্রিবসিমু নিংখা কায়বা করিশু লৈজদে। নচানি হায়নসু থম্বীরুগরু। ওসিদগী য়েক্রবনি হায়বা লোবীরো।

গোপাল—(শাউনা লাউরকই) বিজয় নংমকনসু ঐবু —;

বিজয়—থুকউ শেয়। পু নবু কিজিনা চোকশিয়া য়োমহুনা থম্বীবু'।

নন্দ চংলকই ইমুংদা

গোপাল—মী মচাগী থমোই চেনগমু নং

বিজয়—মী মচা অগনা করমবা কৈজাও অর''বা অমবু জিংনা ফাবগে হায়বত্থ য়েংউ।

গোপাল—কবা কনা লৈ। সামু (কৈহদ থোরক্কুনা তাই)

সামু—ঐজ্ঞা (শেম শাই)

নন্দ—ঐ লৈজরি পাবুং

বিজয় —' ঐ লৈজে'' হায় নন্দ, নপশি অহ আর্থ লৈহনবিগে হায়রবদি তাবদমক তাউ। ভাংবা থক পামগনু

নন্দ—লৈত্তোন্দা শারু পান্দে মত্তাগুম পভাং ভাংগনু। নংনা ভাংলিবত্থ য়ায়া কায়। ননাক্তা লৈরিবশিং মীচম নত্তে। মী পুম্নমক্তা অমকপা ফত্তবা পুম্নমকপ, চামথোকপা ওষা মীশকনি॥ ঐথোয় মীত্তোপ নত্তে। নংনা ভাংলিবা পুম্বা খাচিক্কুনা তারিবনি। নহাক্না নমিত্তা ঊ কানা ভাংপ্রিবত্থ কনাদনো?

বিজয় — মচু থংলগা করি পামই।

নন্দ — খিজয়না চংথনিংবা থবক চংথরকপা য়াগনি।
মকমশিংদগী থুনমক থোকখো, নত্রবদি ?

বিজয় — নত্রবদি করি চংথগে খল্লি। করি পামই ?

নন্দ — Police Force !!

বিজয় — Police, কৌ। নপাংদি পাংত্রগা পাঙ্গল পাঙ্গল
মুকথেরক্লুনা লৌশিং চাংয়েং কিরগা Police !
কৌরকউ, নংগী Police তুনা করি তৌবা য়াবগে
য়েংশি। চাকতাং থাসিদা চেং তিংদনব।

নন্দ — মপা শোকলবদি মচান' করি তৌকম থোকই-মচু থ'উ।
লাই নংনা অপাম্বচু (খুদাং তাথৎলি,

গোপাল — নন্দ, ইমুং চংউ। লৈকায়না নোক্লগনি।
ইবেমহলনা মথুৎ পায়চুন পুশয়া।
বিজয়সু মমানা থায়া।

রজনি — জর্জ্জ বাবু য়াতোংলনা য়াংলগা ক'ক্লা কমংদকই থায়বচু
কাউগমুকো (মমা মচা থোকমিয়ৈ)

নন্দ— (Stepping মথক্লগী, বিজয় নহাকী থয়াই ও অহু ডগিদগী
চেকশিন্ন' তমউকো।

বিজয় — (থোংজিন্দগী) অদুমক নংসু কাউদব তমউকো।
নন্দ মথক্লা কাথৎখি।
বিজয় মমা মচা থোকখি

গোপাল — হুয়। ওক্লবা মচা অনি পোকশিন্নগা ঐবু "হু" ওইনা থম্লবকো। (Chair দা ভাইহাক ফমই। পাউন্দ লৌথোক্লই। সাম্নুনা পুশনখি, নন্দ অমুক কুমথরক্লই। রালকিং কোট লিংলকলি। ফমলি Chair দা। এরিয়া "বি" রে মদা মমা মচা তুম্বক তুম্বক্লা ফমলি। মমথরকলে। মমানা লেমতোল চুথংলি মমাস্থু খুট যুম শানা মমায় লুকথহুনা অমুক ফমই।

গোপাল— নন্দকুমার ওসিদি নঙোন্দ মীকুপ পুংজা খুদিংগী কাওবা য়াত্রবা রা থরা হায়গে। মরি মতা ঈমা ইন্দোলনি হায়হুনস্নু নন্দোমচা য়জনিগা অছুপ হাক্লা লোনদিরক্লগনু। বিহুরবু হাংখিবশে মশিদগী ঐ.থ য়বু নঙ-নঙবা প্রচার কয়া তৌশিন্দুনা থোংথাং খুদিংগী মীকুপ নাহুম শেনরক্ল-গদবনি। নহাক্কি থংলমদবা য়াই। নংগা বিজয়গা রা অমা অনি ভাংনবত্থ ইপায় বিচারপতিনিনা পূনিগী ইথৌ ওইরগদবনিনা মাগী মায়থোং অমসু রাভাংহুনা মহাক্কি অকোয়বা মতম্ থৌরাংনা ভাইরমগনি হায়ন ইপানা লৌরি। অংম্বা নত্তে, আর্থ পৈ, চ্যেকশিল্লু। চৎথোক খোঙ্তোকপ মতমদা তিংথং নেত্তনবা মিৎলৈ নাবৈশিংনা চৎকদবনি।

মখোয়না অপুক মবুক কত্তিবশিবু করিগ'নো। সমাজনা ভাকুনি মশক থংলবা মখোয়গীদমক্তবু অরাবা ধবকপু অচুম্বদা

ওনথক্তে হায়নম্নু শাউরি। কৈ ঐস্নু মীবি, মহাকম্নু মীবি।

অহম্নু ইপা লোকপাদি থক য়ারোই।

গোপাল— থংদে নখোয় নহা মশেননি। অকায়বা রাদা থক

তাংখ্রম্নু। ( pause )

ইবেমহল— (থোরকই) বাজি চাক লোয়রে লেংশিনবীবা য়'রবি।

( গোপাল চাকশংলোমদা চংখি' )

গোপাল – ( মন্নুংদগী ) অতাংদি ইবোহল।

ইবেমহল— মনিং কাশিদা তুমহল্লি। (নন্দদা) চাথোকলুরশিদনা ?

নন্দ-- নহাক চাথোকলুরো— ঐ হকচাংশি-কয়া তুংতাইতে,

স্নুম মেগাজিন য়েংতুনা লৈরমগে ?

ইবেমহল— অতাং হৌবা থয়া তাখিম্নু।

( চাকশংলোমদা ইবেমহল চংখি। নন্দ লাইরিক য়েংলি।)

সাম্নু মথুং ওইনা মক অমা পায়তুনা য়েংবদা মথুং অহু

লেক লেক্কনা থোরকই। মবুক তহি তহি কংলি।

সাম্নু— হাইরেহৈ, অস্নুক হ উবা য়েনশাংশিবু।

নন্দ— করি য়েনশাং থোংই ?

সাম্নু— উতিনী বাবুমচা। উতিনা পূক মরুমদে

(তাংনা তাংনা থোংলোমদা থোকখি। মপাল্লোমদা

চিনতেংবা তাই।)

সাম্নু— ( মপান্দ ) মমখ্রেদা মমাং লপ্পীশিদি। ( চংলকই )

সিদৈদি বিড়ি মচৈ অমা চিংলগা তুমখি রারে।

( চাকশংদা চংখি' ) নন্দ হুকাম লাউবা চল্লকই

ভাইহাক উইরোল তৌই সামুনা থোংজাউহু লোনশিল্লমদে। ইচিক চিকলে Radio মুৎথংলি। হুই লাকন' লাকনা থোংবা তাই।

বিজয় তপনা হৌগতুনা ইমুং চংথি। থোরকই, মমা থংহল্লনা তপনা লাকলি, এরিয়া "এ" রোমদা চংলকই। কোম্থোংলোমদা মী অমত্ত চংলবই। মতু উবদা stepping মরুমদা বিজয় লৈশিনথি। মী অহুনা এরিয়া "বি" গী মুমবু চাউরাক্না থুরুম-লম্মী চংলকই মচাকত্ত "এ" রোমদা। মখিংকা রোমদা চংথি লোবনা। ভাইহাক লৈরপা ইবেম-হলগী মচ হু পাঃহুনা পুথোকখ্রে। থেংগোল মাংমা লামখ্রে। বিজয় পুমওক ওকই। মচাকত্ত থাং লোথোক্কুনা নন্দ মপামক্তা চংলকই।

সামু— (থংথোক থোরকই) থোং লোনশিন্না ইকাউ কাউই। সামুন ভাংলিডৈ মপা চাননা বিজয়না নন্দবু থাংনা থিনখ্রে। সামু পাথংলি।

সামু— (পাথংনা) ইবেম ! ঐগ্যা! অমুক্তা থোকপীরকউ। বাবুমচা থাংনা থিল্লমলে।

(area "বি" রোমদা বিজয় তাহনদবা শাহুনা লৈথোকই)। (গোপাল, ইবেমবল চেংথোরকই)

ইবেমহল— কবি ! ঐদি মাংজরেদনা

(চেনশিন্দুনা নন্দবু কোম্বা সামু কোম্থোংলোমদা

য়েংহুনা অহুম্বক লৈরি।

গোপাল— ইপাদা হায়বু নন্দ কয়া চিংনৈ।

নন্দ— ঐ বিজয়বু চিংনববা ওয়দে

গোপাল— ( পাথৎনা ) বিজয়।

(টেলিফোনছু পায়থম্বুনা ময়োল ভাহন্দনা তৌরি। পাথৎনা। )

নন্দ— ইবেমহল, নহাক করিম্বু নিংস. থিগনু ঐ করিম্বু তৌ-রোই। ইচা জিতেন্দ্রবু য়েক্লবশিংদগী ভাক শেনগদবনি। মখোয় থম্মোই পিকপা মীশক ভাক্তনি। মচা লৈজি থমোই চাউখৎলু।

কোম্ফোংলোমদা পুলিস লাকই সামুগা য়া থয়া ভাংনৈ। বিজয়গী য়ুমদা চংহুনা বিজয়বু Hands up তৌহল্লী। য়া ভাংনদে।

নন্দ— অভাংহু পুরকউ• ঐ অমুক্তা য়েংগে।

ইবেমহল— বাজি, পুকশি অমুক্তা পাইবীয়মউ। অভাং অমুক্তা লৌথোকচরুথিগে।

খোংথাং করূপ ইমুং চংখি। ময়ক ভাইহাকশিদা এরিয়া "B ' দা

পুলিস— F. I. R গী মতুংইন্না নংবু ফাবা লাকপনি।

বিজয়— ঐ-গী হকচাং শোকয়। ঐ পুথোরক্কে।

{ হায়হুনা মশাদগী থাং ও থক লৌথোকই। পুলিসশিংনা খুনগৎপা মখুৎ পুয়া।

ইবেম্‌হল— (অচ্‌কপা শব্দ) বাজি !! ... .. (ময়াম পাথংবৈ) অঙাং লৈরমদরে। জিতেন ! ইমাগী জিতেন !! (কপলি)

গোপাল— করি ! হায়রবা !! [গোপাল মনিংকা চংলুই]

গোপাল— Bobby ! Bcbby !! (কপলি ! থিরি মনিং মমাং চেন্দুনা )

ইবেম্‌হল— লাইহক থিরবা ইবুংঙো মীকুপসিমক্তদা ঙংশিরবা ইচাহুম্ন

লৈরমদরে। জিতেন ! ইমাগী জিতেন !

গোপাল— ( চেহু মমাংদা থমহুনা ভাবনা পাবা লোয়রনা খোম্থোক) "ঐ হায়রবা মী-শিনা জিতেন্দ্রবু পুরে। চিংনগন্ন মহাকপূ চাউ-ননবা ঐনা য়োক্কনি মতুগী মতিক চাবা ক্ষেতিপুরন শেম-শাহনা থমউ।"

ঈশৈ

বিচারপতিনি ঐদি
অচুম অরান থায়রিবা
ইচা মিচা নায়দবা
বিচারপতিনি ঐদি
ঈশ্বর লৈরি

( কপলি হিক হিক লাউনা নন্দগী মমাংদা )

গোপাল অভাউবগুম থোরকলি মথুত্তা চিঠি পায়না

ঈশৈগী সুর মাঙক্রিডৈদা গাড়ি লাকপা মখোল তায়। মী ১/২ চংলকলি নন্দবু কোন্দুনা পুথোকখি। থেঙ্গাল ময়া যৌবদা ইবেমহলনা থাপ্না মপুরোইববু খুরুমলি। গোপাল লেপত্তুনা কোম্থোং ময়াদা লৈরি। ইবেমহলসু সামুস্থ (এ) রোমদা চংলক্কুনা কপলি বিজয় মমাদা খুরুমলি।

ঐখোয়গী ইথক্তা
ওইরকনি
অচুম্বতনা জয়
বিচারপতিনি ঐদি

তপনা তপনা পুলিসশিংগা
লোয়ননা চৎমিন্নখি। ঊশৈ
লোয়ন্নিকাউবা পুন্নমক শক্তম
উরি।

নন্দ চৎথ্রবা মাইকৈদা, গোপাল অমস্তুং ইবেমহল তান্ন যেংলি। য়জনী মচা কায়নথ্রবদা কপলি (বী) দা মপু কায়নথ্রবা সামুস্ন কপলি এরিয়া (এ)

## ইণ্টরমিসন

হায়গী Stage মওং অহু কায়দে।
তৌবতবু থয় থয় রাউথরকলে য়ুখশিংহু
করিসু লৈতে য়াউদে।

লাইট ভাম্বোরকপমক্তদ এরিয়া "এ" য়োমদগী মাইকৈ টেবলমচাদ মপা মচাগী কোটে লৈরি। ইবেমহল থোরক্তুনা ধুপ থাউমৈ থারি। থয়াই য়াওন খুক্কমই।

এরিয় "বি" য়োমদা কনাস্নু লৈতবগুমই। বিজয় কোম্বোংলোমদগী মকোয় ইচোম চোমনা চৎলকই। হুমিদাংয়াইনি। পুং ৪

বিজয় — ইমা! ইমা —

য়জনি — (ইমুংদৈ) কমি হায়রগে? [থোকই]

বিজয় — চাক লোয়রবরা? ঐগী শক্ক পীরকলো।

রজনি — চাকি য়ারা ? (Pause) চাক্কি রা ওইরগনা চম্বু লৈরি, থাঙ-লৈরি থাবৈ চেগপ লৈরি। মচাক লৈত্রে কাং - কোক —

বিজয় — যস ! লায়বকননি — লৈত্রবনিনা। তোকলেদনা পুকশিংদি লুমহন্দবদি য়াদে (Pause) ক'য়দে মৈ থাশংলমঊ মচাক পুরক্কে।

রজনি— মীওোন্দগী হুরানপোং ইমা চারোই। শিরমদাইদা ঈশ্বর নাম শোয়া থোকলরোই।

বিজয়— অকাওবা চিত্রকারশিং না উগ্ন উহৌদনা ভাবনা য়েক-শিংনা বজারদা থরা য়োল্লি'ছু মওাম, চেদা য়েকপা ওাক্কনি। "ঈশ্বর" চাবা তাংবসিদা লৈবা ওমত্রবনি থাজোনে ইমা। শিবা য়াদবনিনা শিদনবা হোৎনবদা ইমানা হুমিং থ' হায়' উবীরম্বা কৌই, থমা মরাবিবা তাই। ঐবু মতম থরা জেলদা লৈহনথিবহুী লমনদি অমুক্কং মতাং চানা খুমগে থন্নবনি ঐ।

রজনি— নংগী তাচৌম্ন হিংলি থংদে হিংত্রে থ'দে, চহি ১০ য়োম শুরকলে মর। মপাউ অমত্তা তাদবা। অহুবু ওসি ইমাগী মওদা নয়ান্থ্ছ উরম্মী। এরিয়া (এ) ইবেমহল ইম্ফুং চংথিবা

বিজয় — য়া অমা তমগে ইমাদা। অঙাং অহ্ন ফনাওশ্বা অমগী মথুক্তা হিংচুনা লৈরমগস্রা থাইনা পিনখি ; ময়মহি ঐগী ইমাগী মতুপা মশক থঙদবা মীশক অমনা পুখিরনি

রজনি — মতুমক চোকশিন্বা তমগদবনি। মসা হৌখিরা লমন শোয়দনা শিংলকপা য়ারিথনি—কাউগন্তু॥ মীং ন শিংউ। ফকলাং অহোবা য়েংবা লেপকন্নু। কন্নিশুন্বা কন্তবা য়াখল লৈরমলবন্নু চিরকলব মতমদদি হুপীগী শিনফমদ ইমা শিনগে। মতম অহুদা ইমাবু নখোয়ন্না কুপশেন শেন্নগদবনি।

বিজয় — ইমাবু শেংকপা মী, ইমাবু মীৎ থিত্তুং লাওনা য়েংলকপা মীহুদি শোংয়ন্তবনি ইমা; নচংনা ফৈজৈ চিংবা (পোত) মৈ থাগৎলমউ। (পম্বদনা কোম্বোংলোমদা থোকখি)

রজনি —'মুম মুংশুক হুংয়ানবা লৈবনদি কান্নবা কংলরোই। মতাং চারিবৈঙদা ঐহাক্না নিংলিবশিংপি ফোংদোকপনা চুম্বা তাই।

এরিয়া (এ) ইবেমহল 'পী তৈ,থাক্ নাং লৈরি। রজনি মমিৎ মনা তথক তথক চিংননা চংলকই।

রজনি — মুপীমচা, ইবেমহল—

ইবেমহল— ইমা! কন্নি তাকপীগদবা'

রজনি— হন্দক নত্ত নত্তবা পাউ য়ায়া তায়। নহাকপু অমত্তা তাক্রে ?

ইবেমহল — থোইদোকপা তাবা ঙমদে। তাকপিরু কনানা অনৌবা পাউনো ইমা ?

রজনি — ইচা ইবুংঙো নন্দকুমারনা লৈখিদবসি কনম্বু মকুইংবকলে। নহাক্কী নিংশিংলমগনি, এখোয়গী কাউদ্রু কাউংঙবনি। মখোয় নমকপি মীশিংনা চিক্লোল চিক্লোল মচি অচিদা তাবদা তু চুংশবা বা কয়াবু—তাংনবসু তায়রে।

ইবেমহল — কয়ম্বা শিবা য়াবা য়ানো ইমা ?

রজনি — বা হায়ববু মথৌ লৈতবশিংদগী হিককাইরবরিনীদনা। ইনাকোং শিমক্তনা মশিং লাকচমদনা তারকখিবনিশে —

ইবেমহল — ইমুং মনুংগী কত্ত-সুংদগী রারা ইমাগীসিবু ?

রজনি : হোই. ইমুং মনুংগী বা হায়দা তারেদনা।

ইবেমহল :— করি ? (খাই লাউবা)

রজনি — আ! (পোজ) ইবুঙো গোপাললগা নংদসে —!

ইবেমহল ইকু ইবুঙোগা এগনী কতবা করি —?

রজনি — ইনেমখোয়সু তাবদা মীনা তাংনরিবত্থ ওনশিন্দুবা থংনগদবনি অত্থবু (পোজ) ইবু ইকায়রে। ইপামকসু শাগৈনি য়ুমথংনরিবনি - অশেংবা পাউ থং এ কা হায়না থাংলকলবনি।

ইবেমহল — নগাদি লমগী লৈকাইগী কত্তনবা, নিয়ম অকায়বা অমত্তা চৎতখিদ্রে। ইগাগী অমদি লৈখিত্রবা ইপুংবাইবী

ধর্ম্ম ভাক্সা ভসি লাউথা খাই মরামনী মরুম থুম হিংডনবিখশিনি। মচাবু অরাবদা অরাবা অমুক হাম্প্রিরকপগদু ইমা।

রঞ্জনি— পৃথ্বি কোমকুং লৈমবদি মশাবা ঈশিং তুংলকপা। ঈশিং লৈমবদি ভাম্ব লৈজরকই হায়বসি মশানা ভাজরবা রানিদা। নদাক্সা কনা কন্থোক্তুনম্ব কাম্নবা কংলম্নোই। মতাং মতমগী মচু ওম্নকলিবা সমাজনি। মশিং থংদমম্ব চৎনরক্লিখনিনা মীনা ভাংনরকলিখশিংসি চুমদে করম্ব হায়দৌরিনে। নং নশাম্বু নহানি। কনাগুম্বা মতিক চাবা মীশুই অমগী মবেম্মা ওইরুবম্ব হোন্দাক্সা য়ারিবনি। (পোজ) সম্পত্তি গীদমক্তা মানথ্রেদা।

ইবেমহল'— ইমা। ইমিত্তা ইচা উহৈব্রবা ইপুরোইবা কারংনহম্বরবী ঐনা কনাগীনী খন্দুন সম্পাতিবু কল্লকনি। (কপ্পি)

রঞ্জনি — অহুদি শাগৈ চেম্মনবা চৎপদি ফম্ভেদনা। ইনেমনা হায়্রিবসি শাউম্ব - সেং বায়রবনি। নকু কিমম্বদগী ভাংথোক্লজবনি।

ইবেমহল — ফনা য়েক্লবনি হায়না নচাবু থম্ব'রবম্ব মীংচৎকী মথা 'পাম্না হিংজরিবী নচাদা পুন্সি মাংননবা রাহৈ অহুতদি তাহম্বীগম্ব ইমা!!

রঞ্জনি — ফত্তবা বদনাম হায়বশিদি ইবেম্মা, হৌজিকী মতম সিদা জাৎ বিজাৎ ধর্ম্ম থিনজবনি। ইচা মিচা মরি মত্তা য়েনেরক্তুবা চপেমপোম্বা শুম্নকপব মতমনি জ্ঞান ভাউ।

নিপা হ্নাউদনা মুম পাম্বা হায়রম্ভ নতোন্দমক খোকই।
চোকশিং কৈ হায়রানিদা ইমাবা —

ইবেমহল — সমাজনা মমনাম করা পীরবমু ইচাগী অশেংবা পাউ তাত্রি কাউবা পুন্সি লেনখিগনি। খদাং চোকুবা করা অহুম শাংজবা হায়রম্ভনি।

রজনি — নচাগী লন থুম সম্পত্তিগীদমক্তা কল্লকুনা নপুন্সি মাংহল্লগে শিরনে। তৌম্নু তৌম্নু ফত্তে। নহাক্লা অহাম্বা ইতিহাসনিকো। (পোজ, ওকইদকো বিষ্ণু বিষ্ণু। নকু ইবুংঙোসিদ ওনশিন্দুনা মখি লৈনত্রবদি নং নিপাশি ইরৈমক লৈত্রবা জাংলা?

ইবেমহল — (পাখংনা) ইমা!

রজনি — হায়রিবসিন। ওকম্লি ইবেম্ম কারাম চাউমল্লি।

ইবেমহল — ঐগী পুন্সি অসিবু ইখং খংহৌদনা মাংহন্নীদোরে-দকো ইমা।

সামু কৈথেলদগী মনা মশিং লৈক-বগী মওংদা থাউ অমা পায়রহুনা কোম্বোংলোমদগী চংলকই। ইমুং চংলকই। ওাংনরিবশিং অহু চাউ-রাক্লা তাই। চাকশংদা থমলুই। পাউ অহুম্মক থবক তৌনা তৌনা তাই।

রজনি — ওসিদা মখংলিবরনে শাগৈ চেম্বংম্বো লমচৎ নাইদবী

মংবু। সমাজগী মচিন মেথা গুথা তৌনরেনে। ঋুংশিং শিত্তনা উনা লেংদবনি। নবুত্তো লাক্লগা ভানৌ।

( পম্বদনা এরিক্কা "বি" রোমদা থোকখি। ময়ুমদা থাথল তৌনা তৌনা থায় শিংলি। )

ইবেমহল — ইস! গুকলবা রাহৈ কয়া কয়ানা ঐগী থল্লাই হকচাং পুন্নমকপু মচেৎ মচেৎ থোক্লা চিংথায়হনকলবা॥ "হিগাম্বা" জায়বসি গুসি শেমজন শাজন্দুনা ভাংলমলিবা রাহৈশিংদু ওইরেকো।

সামু — ইচেম্মা, কপকম্ম—অত্তবনা উখ্রগা ফজরোই। বাবু মচানা সংসার থাদোকলমদাইদা রেক্রবশিংদগী থুউ শেম্মা ভাক শেল্লু হায়বদু ঐহাক কাউদ্রি। ( পোজ ) ঐহাক থংই, করানো চৌজিক সিলোক থিরম্বদু? নোংমাংথা কাংবু নত্তমা কনাম্ম ওইরমলোই।

( রজনি রাইশিংপা লোইরদুনা ইমুং মন্নুংদা লৈখি। )

ইবেমহল — তপনা ভাংউ। ঐ করিম্ম মুংভাইতবা লৈতে। নহাক্লা ভাংলিবদু তাখ্রগা মীনা করিনি থনখ্রনি।

সামু — 'ম্মম্বা মতৌসিদি থম্মোই লাইমন ওইদনবা সাগোম্নং-দাক পাইরগা লাউশনগদবনি। ( লাউবা ) হায় লোং-মাংথা কাংবু। থাবদগী থাবদি নোংমাংথানি থংউরে।

ইবেমহল— মীহাৎপদি কাংবু ভাকনি। অকককা খোঙ্গ থাকপু। অমম নৈতে।

সামু — খুমম খুমমককসমু। লিচৈ মরু থাই ইৈদবা কুইরবনি। ঐহাকসু অমমদা চাউরকপনি ইচেম্মা। নিপা কাংবু কা'বু থো'রককথসু নিপাগী থৌদাং য়েং-ওই, মাং ফু' কম-লাক কোংপী, ওই বিংগোং শং-শং লং'খায়নগে।

ইবেমহল — তোকলো সামু ইকু ইবুঙ্গো তাথ্রগা মৈরিকপীদগী মৈজাওবী হৌনরকলনি। অতুগী শকক ঐ না অমা হংগে? ঐথোয়শিবু মীনা করি করিদি ভাংনবা তাম?

( কোন্থে'ংদা গোপাল লাকপা উবা )

সামু — করিসু তাদে। হিগারনা কৈথ্রবা কাংবুনি, শোয়দনা ভাংনরম্মবি। ( শাউনা ফিভম শেমলহুনা ) হায়! মনিংগী কা'বুশিবু হুককপলা চৈংশা'লা অনানবা নাবফুনা, ইম্বাল মচা কনানো অরা'থংবা লম্পাকসিদা থোরকউ। চোং-থো'ক চো শিন খুদিংগী হায়দোক হায়'ভিন থুংফুদা য়েন্দেম পাংখোকলা কনথংলগুম লিচৈ মকসিনা কমথংকে।

( গোপাল চংলকই )

গোপাল — ( গাউগুমচিংবা লৌথোকই ) সামু কদি ননিং থুংদবা য়াউবগেনে?

সামু — ঐজা য়ুমথংনবা জুং চাদবা কংবুলিংগা নৌমিয়বসি য়াম্না শুংঙায়রোইদৌরি.

গোপাল — ঐমু মুমলি হোংদোকপাসিরা খল্লবনি অহুমু ইতহৈ শাক্তম উনিংঙ্গৈরম্না খাংলিববনি। সে: অমুক্তা খংলুচো— গাউও লিচৈ কাইলচিংবা Stepping মখক্তা সামুনা পূখৎখি।

গোপাল — ( ইবেঙ্গহল মপী লোম্না তৈথোক্লি )

ইবেমহল কপলিত্রা ? কপকমু পূম্নমক ঐখোয়গী লাইবক্কনি। মতম লাকখিগনি। খাংবদা কল্লু। ইও অহু মীওই মুক্তি কাঙ্কহল্লমদবা হায়খসিদা খল্লু মখোয়না পামলিবা ক্ষেতি-পূরন মতিক চানা পিগনি — ইগুরবু ইখুৎ চল্লবদি। লৈল্লিবা লন থুম পূম্নমক কনাগী দমক্তনা ? ইওগীনি। ইওগীও ন গীনি। কনাগীম্ব নত্তে। ( পোজ ) নহাক্না অনিং থুংদবা পূম্নমক হায়দোকউ। খাকৎলু। করি পামলি ?

ইবেমহল — লৈকাইগী লমগী কনবতা খল্লবা ঐখোয়বু কনা কনানা মস্তবা চাংনবা তাবিদবরা ?

গোপাল — পূম্নমক ঐখোয়গী মী চাকনি। অদবা নত্তবা করিম্ব চাংনরোই।

ইবেমহল — অচুব অয়ান পূম্নমক কোয়া খংবিয়কনি মতম থয়নংদমু মুমদা লৈজকখিগে। ( খুকমই )

গোপাল — ইবেমহল। করিগী ?

ইবেমহল — করিগী হায়রবু মপা মচা, মমা মচা, মচিন মনাউ চাংনবা অথবা হকায় মজোয় মখক ওইবরা মাদৈ কয়ানা

নক্করবা মরি মতা ফাউবা লাপথে কয়কলগনি।

(সামু মণক্কণী কুমথরকই)

গোপাল — মরৌ লৈরবা সমাজনা করি ঙাংনরিবা?

ইবেমহল — মপূরোইবা লৈত্রবী মহা ওইরোবী মপী হায়বসিদি সমাজনা অফবা য়াদি থক ঙাংনরমোই।

গোপাল — সমাজ হায়বসিদি মনিং মথা ৱরা ভমগথবনি— শাউক্কনু। নচাবু শক্তম লাক্কুনা উজবা কাউবদা থাংবা ভম্মু। ঙাংনজসনু। ঐহাক্কি মনুং মতম ওই-শিন্নকলবনি। নোংমা নত্রগা নোংমা সংসারসি থাদোক-খ্রগনি। ঐহাক্কা হোৎনরিবা পুন্নমক কনাগীম্মু নত্তে ঐহাক্কি হায়থিদবা নত্তে। মনু' মতম চারিঙৈ শকী কৈকেথেল কারিঙৈ মতিক চাবা অমগী॥ গৃহনি ওইথো হায়না। অহুনু নচাহুগীদমক্কা থনবদা ঐগী য়াঙাংবু নহাক্কা কনথোকখি। সতি সীতা ফাউবা ইকাইনিংঙাই থূদম পীখি নহাক্কা। ঙসিনা নহাক করিগী থমোই পীকথরি। হায়বু সমাজনা ওইহনবা প মলিবা মীশক অহু কনানো? হায়যু ইপাদা।

ইবেমহল — মহু ঐগী চিনশিনা পাপ চেন্নবা য়াহৈশিংহু হায়দোকপা ঙমলরোই।

(মিৎলু ইরা চেয়া চাকথংলোমদা চংথিবা)

গোপাল — উঁমা ঙমল য়াই থংই। সামু কৌবা) সামু লাউ ঐগী নাঙ্গা (সামু ভরানা থোরকই)

সামু — ঐঙ্গা করি তাকপীগদবা ?

গোপাল —মচে ইবেম্মা ইবেমহলগী মীওই নী তাইরমশিকপিগী মরম মহাক খংবরা ?

সামু — ওসাই মীয়ৈহংকিকাংবু খোংমাংখাবীনা শিপোক্ক খরা ঐনা হুকাললগী হনলকপদা থিরগা তাখি। মীশক্ নত্তনদি থমোইদা য়েক্তুমনা খিনবা ওমগদবশি নৈতে ঐজ্ঞা।

গোপাল হায়রমগদবা মীশক অদু ঐনা লামখৎনদা খংবা ঙমদে। ও'ব তারে। থৌবুশিগী মাশক নিপা অদু কনানো ?

( সামু খুৎদব ) খুম্মুনে। হায়মুনে কিগমুনে।

সামু — ঐজ্ঞাবু ওটরমানে।

গোপাল করি ! ঐ হৎশামক !! কনানো পাউদম শেংলবা মীশকদু ?

সামু — মিৎপাউবী। মকুমদা শকথিবী নাতোন নম। শৌ শৌ লাউবীদুনা। ( ইবেমচল থোরক্লুবা খো খাদা তাদুনা কপশি।

গোপাল — ( পাউনা ইতৈতথক। ১ৎলু সামু, হৈতমদু ঐহাক্না কৌরি হায়যু। লাক্কব যাদে হাইগদবনি।

( সামু এরিয়া 'বি' বোমদা চংখ্রি )

( ইবেমচললোমদা )

ইবেমহল, কপকনু। অচুম্বগীদমক্তা পুম্নমক মায়থোক য়াগদবনি। নহাকপু দি ইপানা মুপীজ্ঞাশিংগী মঙ্গংদা কিজ্ঞম্নম য়াবরিবি মুপা অমনি খন্দুনা থাজনা থমগদবনি।

সামু রজনিগী মাঙোলদা লেপ্পুনা লৈরী।
কনাস্থ লৈবা উদবা

মহাক্কি নচাগী মুংঙাইবদা মুংঙাইবা অরাবদা অরাবা শরুক
য়াম্লুনা লৈখিগদবনি। ইপাদি শিখিব। মুমিৎনা লোইরবনি।

সামু— কনা লৈগে ইমুংসিদু। (খুমদবা) ইনে লৈব্রীবরো?
রজনী—কনানো করিনো? (থোরকই) সামু করি হায়গে?
সামু— ঐজ্ঞানা অমুক্তা চৎপোকপীরকউ হায়রি, হৌজিকমকনি।

(পম্বদনা সামু এরিয়া (এ) রোমদা লাকলি
রজনি ইমুং চংখি। কি মতেক অমা হোং-
দোকলকলি। এরিয়া এ) রোমদা লাকলি)

গোপাল — অচুম্বগীদমক্তদি মাই থক লৈগনু। থরাই ফাউবা
থাদোকদবনি। (সামু চংলকই)
হায়রমলবরা সামু।

সামু — ঐজ্ঞা হায়জরমলে।

(এরিয়া "এ" রোমদা
রজনি চংলকই। কিখি-কিরুম)

রজনি ইবুংঙো ইতৈমবু কৌথোক্তনা ওনি দি কৌবিবনু করি
নিংশিংবীগদবা লৈবিবা?

গোপাল —ইতৈমা। ইতৈমবু পিশক পিকলিঙৈদগী ইমামরি
থম্না ঐথোয় পুম্নমকপু নাউকোনবীবকতুনা অরাবা কোক্তাই
নংখিবকলবনি মহৃগা অমুক্তস্ন তাখিজবা তু চুংবা

পোকপবা মাচাং থবা তাহৌরমলিবসি করি করম্বা মওং লৈবনো ?

রজনি — মরি মখোংচু করিনো হায়রুনে ইতৈমদা ।'

গোপাল — ইতৈমা মমিৎ তাংবা মীদা তাংদবা শাক্তি হায়বা । মখোং মাউদবা মীদা লমজেল চেল্লু মতায়বা ... ( পোক্ত ' কাম্নদ থংন ৎংন থংশিন্নদবা. ইনা উনা উশন্নদবা শাওহুনা নাথৈবীগন্ত । ইমৌ ইবেম্ম ইবেমচলসিবু মপুজি মাংননবা করিগী ইতৈমানা শিল্লি ।

রজনি — কদায়দৈ কদায়দৈ চীন লৈ কেম্বা হাবা রাবু ।

গোপাল — তুমিক্ক' ৈকয় ইতৈমা । ইসৌসিদি ৎক্ত ৎমখো । ঐ কাউবদা পকশিন্দুনা হদনাম থোংদোকপিরমলিহসিবু ঐগী মুম্বালসিবু লাইফদিবী মুম্বালনি হায়না খঙ্গীবরা ? অচাম্বদা ঐ অসি কনানো. মশক মুম্না থংগনবনি ।

রজনি — অহুই রাবুদি মশক মুম্না থংহৈদা —

গোপাল — থংলবদি পুন্সি তেনশন্না যাবা রাখল থক থল্লোইদবনি । চীন লৈ কেম্বা যাবা রাবু 'স্তুক ভাংবা পাম্বিরিবা ইতৈগী সমাজসিদগী করি তোংজবা ফংবিরিবগে ?

রজনি — ঐভোন্দা দোষ পংতৌ তৌগন্ত । সমাজনা ভাংনহন্দুনা করি লৈগে হায়রহুনা ইমৌ ইবেম্মদা হোৌদোকনম্নতবি । ( পোক্ত ) কয় কত্রবম্নু কাম্ননবা য়ারয়োইদবা শাইগদি হায়বা ঐপ্নু থংদবা নত্তেদা ।

গোপাল — মমাক হায়বসিদি মতাং মতমগী মতুং ইমা শিংলক্লিবা লুংখিংকী মাইওনদা পায়রিবা তেলঙাগুম্বনি খংবীয়ু। মমাকনা নোঙ্গপদবগী শরুক ঐখোন্দা নোঙ্গবনা শরুক চান্মা কাম্নবা ফংগনি।

মজনি — ত্তাগে হায়বা তাববু, ঐবুত্তোদি মতিক চাপ্লে লন পায়বে হায়বগী মতিক মতৈমবু মশক খংলক্কেনা।

গোপাল — মনাউবুস্তু মনাউনি হায়ন খন্নীজ্রবদি, ইতৈমবুস্তু মনাউনা ইতৈমনি খঙ্গদে। শাউবিগম্ভ মতম অস্তুক কুইরবসি ইতৈমগী শাজৎ ম্রাত্তাংমা ঐখোয়বু অহাংবা খুদোং চাবা ত্তাইরি হায়বসি নিংশি লি কাউদ্রি।

মজনি — হায়গম্ভ ঐবুংডে। ইচা অনিছু লোকপা চেমদনা মাংখ্রগে ঐখোয়গী কহনবা হেক খনখ্রবা, নৈরিব লন থুম পুম্নমক অমত্তা পুব ভুমদনা লাইরৈবাক্তা চংখিগে।

গোপাল — লোমবী হুপীনা লাই শোন্দুন' শেন্দোং তানবদা করিস্তু ভঙনি ত্তাই নৈতে। থাজহনবা ভস্মনি হায়না ত্তাংবিরিবা ইতৈমনস্তু ঐহাক'সি পংলমগনি হায়নস্তু খনবীরুগম্ভু। মমোগা মকুগা মরি লৈনৈ হায়বা ভস্বা, মনেমগা মমাগা মরি লনৈ হায়বা ভস্বা ইচ বু নচান' মীহাৎ থিনা হাংখিব', মত্থগী মতিক চাবা লমজদি ( টেবলচৈ চৈ লৌহনা কনগে তোবা সামুনা কাবা )

মজনি — অকমবনা অ'শানববু ক্ষুহংপা মশানাঁ তাবনি। তুংগী খন্দনা নুংত্তাইহনিবু হায়রবদি ঐবু হাংলু। করিস্তু কায়দে—

সামু—মীরা ভাংনবসি চাকতাং থাদা পুক চন্দবনি। চরিতংনা হুমাং কাংবনি। খুহুপ ৪ শেংপী নংপীনা, খুহুপ ১০ শেংপা নংপাদা থৌনা ফত্নুনা কাম্নরোই। ঐনা চৈ ফাজরি বেসল ওনজিনৈজেদা লেংখিংখ্রা।

গোপাল - মফম সদগী থুনমক থোকখো। নোংশাংগুম্বা নচা চাম্বা পোক্তুনম্ব অচুম্বগী মায়োক্তা অরাম্বনা নাপল থক কাবা য়ারোই। ইতৈমনা খংগদবদি হৌসিদগী ইস্মা সমাজগী বিদ্রোহি অমনি।

রজনি - মীনা ভোংনরিবসি করি হৈগে ফাংহনুনা চুম্না হৌদোক-ফাউবা ঐনু ফত্তবা তাহনগনু। খংউ নংগী পুক্নি অহু মতম খরগী মনুংদা লৈখা তাইনবা হেক ভমখ্রবা রজনি ইশক উংখ্ররোইহে। সেরা ইস! নখোয় মতম অমদা 'ইতৈমদো' হায়রকদবনিকো মীওংপাশা।

( পম্বদনা এরিয়া "বি" রোমদা থোকখি )

সামু—কয়াদা ভমখ্রবা অফাউবীনোসে! মগা মীহাংপা ভাক্তা পোকশিল্লগা নাপলগা কাঙ শারিয়। মউং অমনা সামু অমবু কাটি অমনা থারকই হাইবা খংজমাম্লেনে। (পোজ্)
হায়! সেনাপতি লৈ খংন খংন দিস্ত্রি থৌজলজরকনু হিরুবাক কায়শনিহৈ চেকাশনজো।

গোপাল — সামু মখা তারনু রাকায় পাকলনি।

গোপাল কা মমুংদা চংখি। থেঙ্গাল লোমদা অহল ওইরবা ইবেমহলগী মপা ইবোহল

এরিম্না (এ) রোমদা লাকলি। রঙনিগা মাইয়োকনৈ। ফিজি হন্দুনা রজনি ইমুং চংখি।

ইবোহল — (মচানুপীদা) নুপীমচা

ইবেমহল — বাব। করি থবকি? নুমিদাংবাইরমসিদা —

ইবোহল — নকু ইবুংঙোদি? (সামু ইমুং কাদা.চংখিবা)

ইবেমহল — নৈ। বাবা। করিগীনো বাবানা মতম 'নুক-কায়না লাকপিরিবনা?

ইবোহল — মখমসিদা, মৌ ওইখ্রবী ইচানিঙোলগী, ন ক্বা ভিক্কারী অমগুম ঙোয়না লাকনিংদে। উরবরা ইপাগী মায়-থোংসে। হরাউবা মাইথোং থক উবা ফংলোই। কালেনগী নুংশা মরকসিদা স'দা থোংবমথৈ লাকলবা নহাক্কী বাবানি। শল্লু করিগী ওইরম্বা য়ারি?

(রঙনি সুম্বল সুক পুথোরকই। চংখি)

গোপাল — (থোরকই) ইবায়বু করি থবকি? (ঙকনোম্না থুরুমনৈ)

ইবোহল — ঐহাক্না লাকলিবা শ, লাকানিংঙ্গ্রবস্থ ল ক্বেবা য়াদবা মঙাংনা লাংলিবনি। হন্দক মরক নুপী মচাগা মরমদা নুংঙাইখিদ্রবা পাউ থরা তাবা ফংই। অদুবু শাউনিংবা মুংঙাইতবা কয়া,অদু ইমিংমক্না উরুবা থংলুবদি নত্তবনিনা শম্নুম থাংলকলবনি।

( রজনি য়াংকোক পুখোরকই চংখি )

গোপাল— তাকপিরিবা রা পুম্নমক হৌজিক্কা তাক্সবদ মতাইরি। হায়রিবসি ফোং ফোং শান্নিবা মনিন লৈরবা রাকমরি। নত্তবা প্রচার কয়া অসি ইবাইমকসু থাজবিহুনা নিংশিং-বানি। থাজবিরুনু পুম্নমক চংনবা য়াংমগী চিরোল হায়-বগুনি।

( রজনি থুমোকতা চেং খরা পুখোরকই )

ইবোহল —মাংচৎ অসিগী মখা পোন্না ফজ্বহনগে থিহনগে প্রাইদগা মপু ওইরিবা নহাককি পাউথুম পীগদবতাম হাইরে।

(এরিয়া বি, রজনি মখাংদা খ্বাংচেৎলা কপিন্দুনা চেং কাবক থৈরি )

গোপাল — ঐহাকদি পাউথুমদনসু পুম্নমকপু মশক ফজ্বহনবসু ওইথোক্লরোই। পুম্নমক্কি য়াদি লায়খ্রহনা ইবাইমকনসু ঐবু শা-তাগী থমোইনি হায়বসু খঙ্গীরমগনি। খঙ্গীরবসু কায়দে। অহুবু তুকা থিনহনা অরাম্বা প্রচার তৌহনা মতম লেনবা পাম্বা সমাজনি হাইবশিমদি ইবাইনসু নিংশিংবীয়ু।

ইবোহল — ইমুংগী অক কত্ত খংনা লৈরিবা নহাক্না করিগী সমাজনা তাংনবা য়াবু অয়ানবা তাকনি খল্লি? ঐসু মীনি -নংসু মীনি। খংদবা নত্ত, পাউথোকপিবসি মীত্তোপ অমনা ওইরমলবদি শোয়দনা থাজবগী মথক্কা থাজগ-দবনি। পাউ অসিসু রজনিগা তিন্নবা মপী অমন, হায়-বদৈ থাজবা য়ারবসু থাজদনা লৈরকপিবসিনি। নহাকসু

মুন্না থল্লু, ইবেংহলবু ওসিমক ঐগা লোয়ননা চংখিবদা মঙোন্দা কয়ামুক কায়গনি ?

গোপাল — মতু তাকপিগনু, ইবাই। সমাজগী মোরু চৈয়ক ’সিদা অমুক ইবেমহলবু পুবিখিবা তারবাদি খোইনা হেন্না খুবাক থুহনা মোরুবা হায়বতুনা শোয়ত্রবনি।

ইবেমহল — মতু মশ না তারবা ঐ ফমনি। মশানা থাকচবা লাংদ মশানা চংশিল্লবনি। ইশানা ইশাবু হারক চবা ওনত্রবা, ইমুংগী নুপী অঙাংবু পাউতাক পীবা ওমদুবা ফত্তবা মীগী লাংবু কনানা থদংকানি। ঐগী মোত্ত নুপিমচাবু লোয়নহনা চংমিল্লখিবনা খিং ফগত্রা হায়না খঙ্গে। মাবু ঐনা - ঐগা নাক্ন পুন্সিগী থমগদবনু নংও। হণ্ড অতুগী অশেংবা পরিচয় কংলবা মতমদা ঐনা সংসার থাদোকখ্রবা মতমদা নখোয় কন্নাগী সেবা মমুক ফংজরাখিগনি। (ইবেমহল লু-লুক্না লৈ।

গোপাল ইবাইসু থম্মাবয়ুদা, এগী ওন্না য়েংবদা ইমৌ নত্তনা কনাসু লৈত্রবনি। মথোয় লোরি থনবনা ঐসু হিংজবা ওমলিবনি অসুক য়াওখ্রবা সম্পাত্ত পুন্নমক কনাগী মথুত্তা লিন্নগনি। ইবাইনা নংসেলগী মায় মচেং অমত্তা য়েংবিদবা তারগনা নুপীমচাবু পুবাবদা তায়।

ইবেমহল — সম্পত্তি হায়বসিদি নংগাসু ঐগীসু পুন্নমক লৈহৌবতুনা কংবা মশানা তারবনি। অদুবু ইজ্জংকী মথা পোয়া হিংনরিবা ঐখোয়দি মীংচংসিবু অচাপোংকুম থনবদি করে।

ইবেমহল—নুপীমচা ইবেমহল, নংম্বু ইপানা হায়খিবশিংসি করি লৈগে হায়না থম্মৌ। ঐম্বু পুন্নমক্কী শাজং থংহ। থংলবস্থু কৈদৌনা, শাঙ্গল ফুদোকপা ঙমলোইদৌরী। মতম থরদংদি ইপাগী সেগা থুপতুনা মেরি নেমথক্নাখ্বাস। মীপুম থুদিংনা থুদম সাক্ষি কয়া পীরকপবম্বু পুন্নমক অহু ঐনা হেক্কমক থাজগদবা নত্তে। অহুবু থোক্লাং মন্নামসিনং বেমথক্নবা ঐগী নাক্তা মাবু পৈহনবদা গোপাল হবাইবু দে'ব ত্তোগল্লু।

( রজনি চেং য়াংকোক্তা থপলি )

গোপাল — ইবাহনা করবন থনবাম্নিবহুনা ঐগাম্বু অফবনি খঙ্গরগে। নুপীমচা, ঙসিমক পাবুংগী ফু' ইনাখবদা নহাক কার থনি হওগীনঙ্কুদি ঐনা মফম খুদিংমক্তা পুলিস চায়খোকলি।

ইবেমহল — মফম স থানাক্তুনা চচ মশক উদনা ঐ ১২চবা ঙমজারাহ। মীয়া ঙ' নবা সম জ শিশিং লিশিং লাক্তুনা ঐগী থম্মোয় ওয়বা চিরোল কয় পীরকপবা ন'। নবেম-হলদি ধর্ম্ম কায়বরোহনবা 'মচৈ নুপীশিং' মগ্গ ন অমনি হায়বশি থাজবিয়ুনে বাবা।

ইবোহল — নুপী মচা।

ইবেমহল - ঐগী গুংশিজরবা ইচা জিতেন অহু পন্দুনা য়াশক-পিয়ু বাবা। নত্ত অহু অমুক হয়া উদবা ওচরসগ্ন হায়বা পখীয়ু। ঐনা অসিগুম নমখিত্রব শাজং অসি ০২লমগনি থাইন। (পোক্ত) ঐ থংই, লন-থুন সম্পত্তি পুন্নক

জংহৌবা য়াননবা ঐবু বদনাম পীশন্দুনা তাঙ্খোক্লবা হোৎ-
নরিবনি। শাগৈ তুম্না য়ুৎননবা শিন্নকপনি। মতাং অসিদা
ঐ মায় পৈছনা চেল্লোই। অকিবা মরাল পৈবা মালহল্লোই।
লেংদনা লৈগনি মথোয়গা মায়থোক্লগনি। মরাম্বক
ফরবা ইচা অহু ইথুং চন্নব মতমদা মথোয়বু লমন শিংগনি।
পুম্নমক য়ুজনিনা থোকহন্বা তাক্কনি। মথোয় নত্তনা সংসার-
সিদা য়েক্লগদবা কনাম্বু পৈতে। থংতী বাবা, নহাকা অমত্তা
পোকচবা মরাইবক থিরবা নচা ইবেমহল ঐদি লমহেথা
ওকবা লমচং নাইদবা অরেম্বা নিপা থম্বা নত্তে। মপু-
খোইবা লৈত্রবা নুপী অমনা মতৌ করমনা শাংলবা পুন্সিবু
লেমবা ওমগনি। নহা ওইরিবা ঐম্থু হরাও তরাম পাম-
লোয়দবা করি লৈ। ঐবু পামলোয়দবা নিপা কনানো।
মরল পায়বা নিপা অমগী মবেন্থা ওইহনা অরাবা করা
কাউথোক্লবা হোৎনরুবদা ঐবু কনানা থিংগনি। অহুবু
নচাগী পুন্সিদি য়ুমগী মবেন্মা ওইহনা ধর্ম্মবু কিনা চৎচবা
নত্ত থিত্তেনগী থবদা অথুম-অহাউ করা কলকপিরকুবা
মৈতৈ নুপীশিংগী মথুংদা ফিদমনক্ম ওইরবা নচাবিনে
বাবা ( মথোল থোক্লা কপলকই )

" বি ' রজনি থুমোক্তা চেং হাপচল্লি।
শুক শুরল মথং মথং ইমুংদা হোমজবা

ইংবোহল—মংবু পীশক পিল্লা বাবাগা নমা শক্লা নাউকোয়কলগা

উনা উনা উশয়দবা তানা তানা তাশয়দবা ওদলবা মুমাক-সিদা ঐহু য়োংঙোকলমলগে খন্ত্র? পুন্নমকসি মহাক্কা থোকহল্বা বদনাম নংলমজবদি, মপা ঐহু মীমাং থোক্কা থক য়োংঙোকলগলোইদবনি।

গোপাল—: ইবাই শাউবিগন্নু। ইবেমহল কপকহু। অঙাংসিগী মবাল লৈতে পুন্নমক ঐনা পুক কককবদৈ থোকখিবনি।

ইবোহল—কৌশিং লৈতবা নহাক্কা ওনশিন ওনশিন চাবা ঙমবা মুমকমসিদা কবিগী 'তুক লৈবা পামজি। কৈ ঐগুম্না নংঙু য়েক্কবশিংদগী হিংনবা হোৎনৌ। গোপাল ইবাই চংখ্রগে।

গোপাল — ঙসিদি পম্বীখ্রো?<br>
ইবোহল— ঙম্নি বস কংখিনি।

} পন্থনা থোংগাললোমদা থোকখি। রজনিনা উবা

রজনি— কৈরু কৈৎঙবা ননিং নমাং হোৎত্রোং কো মুপীলৈমা কাং কোক। য়েংশিন য়েংশিন্নবদা অহাংবগী অহাংপমক্কা। নিংথৌম্ম মৈতাল হাংলি। ঐম্ম ইন্দিরা গান্ধি ওইবিনিংলি। থিবলা হায়বহু ঐগী নিপা হেক ওইবমলবদি কয়াদা পেল্লগদবনো— ( উথোংদা তাম্না লৈ )

রজনি — নিংথরু কল্লবদি য়োংমা লনগী মপু শোত্রবনি।

{ মঙাল অমুম অমুম মমথরকলে। হাচংবা মহুংনি। গোপাল মশা ওমদবগী মওংদা উই।

গোপাল — সানু ( কৌবা )

সামু — ( হাকাম চল্লকই ) তুমহুম তুমখিংলক্লে ।

ইবেমহল- নহাক্না ইবুংঙো মচানা খিংলাই তৌরকপদা কপ্পা
কননবা নাউশুমদা হিপহল্লগা শকখিবা নাউশুম ঈশৈশু
কাউখ্রবরা ?

সামু—( রাখল তৌনা ) থুংশিদা ইবুঙোমচাদো (খিংশিংলকপা )
ময়েক শেংদনা চংলগা শকপশুম
নাউশুম ঈশৈশু ভারকই । ইবেম-
হল মপী তৈথোকলি ।

ম'থ'ক অমরোমদা ঈশৈ লোইবগা হুরানবা থংলো ।
লাইনরকলি । থকনি সামু, ইবেমহল মমিং মনা শিংই ।
সামু ঈমুং চেনশিন্নবা লিচৈ মরু
লোথোকলুই ।

ইবেমহল —মপাল পোকখিনু সামু !
সামু মপাল থোক্লে । কনানো হায়ন্না
সামিন তাই বিজয় এরিয়া " বি "রোমদা
লেংজুমদা, চেং বোড় অমা থোংগৎলুনা
চংলকই লাউমরি মরক মরক্তা "শোমদা
চংখ্রে অশোমদনি ' হায়না । বোড়াহু
রজনিগী মমাংদা থমই । ছুই থোংই ।

বিজয় — পুরা সদো থোংইদৈ চেন্নকপশিদা ( হুমাং হন্দোকই ।
রামু মশম মনা শাংনা চংলকই হাউগী
কিজেন্তা"

রজনি— ( ঊবা পাথংনা ) মী অমা চংলকলে বিজয় ।

বিজয় ফিভম শেম শাই ।

রামু— চহি ১০ য়োমশি নপূলি অহুম্না লেনখরা,?

বিজয়— ফুকা থিবা অহুক পামলিবা নহাক করাবো ? হিংমক নবগী দমক্তা খুদোংচাবা লৌনগদবনি । শিংবা পামহুনা চংলকলবা নহাক হিংবা পামলিবা ঐনা খুদোংচাবা লৌরকনি হাইবশিমা নিংশিংউ ।

রামু— কেকু কোংজিঙে চৈরকশিদা ঐগী শাংলবা শম-শাংলবা কোয়শি চহি ১০ হেন্না শক লোংলকলবা মীশক অমগুম ঊবা ওমজ্রা ? ঐ করানো মুম্না য়েংউ । নখোয় নখোয়গী অাঙ্মা লৈরিবা কুয়োমহুদা তু চংবা পোকজ্রা ? ঐ৴ পুলিসনা কাখিবা তুরিং-তুমিং-অহুমক অহিং অমা পশুদনা মাঙ্খ'ক ফুনা মীয়োং ওইথি ! হায়ু— ঐহাক করা ওইরমগনি ।

রজনি— হায়ু নহাক ঐগী রামুনা ।

( মী অমা অনি রা ওাংনবা তাই )

মীথর :— মকম খাইদগী মাংখিবহু

রামু— নখোইনা থিরিবা মীশক অহু মকম খাইদা ফংলরোই শিদদি চিংনরুম্ন হুরাম্বা অমত্তা চংবা ওমলোই । অকন অথৌ অনি লৈ ।

বিজয় — ( চিংনবা ) হায়য়ু নহাক্ ঐগী ইরাম্বা নত্রা ?

রামু — থংবদা মথংউ । লাউনা ওাংমু ।

রজনি — ইমাগী রামু ! ( চংশিন্না )

রামু — কপকনু ইমা তুমিন্না লৈয়ু। ইমাদা কনান লাকচবা য়াউরি। মীত্তা কুপউ তারাকপী লাগে থংহল্লোই।

বিজয় — অচুপনি ইমা. সাধুনা সাধু পোকলবদি কদায়দৈ সুং-তাইরনি। হুরাবনা ডাকাটি পোক্কদবনী। ঐখোয়গী অপাবা মখোয়দা থংহল্লগদবনি। সুক য়ামথ্রবা লন থুমবু মুপীশিনা পায়হনখিবা ওইখোক্কবনি। মনম উরোকখোং লান্নবসু উদে হায়রগদবনি। লমলাম্বু শেমগৎপা মচা মওবুনা নমথবা, বা মরক মী মরকশিংশিদা নৈহৎলশি।

রামু — ওসি হুয়েংশিংগী মচুংদা ইমানা লংলা লংজিন থরা শিন-বীয়ু। মতম অহুদা ইমাবু অখিবা য়াতাং হেক তাংলকপা তাবদা নচানা পায়রিবা থাশিনা সাক্কি ওইখ্রসনু মখোয়বু লৈথা তাহনজগে।

বিজয় — ইমা চাক মৈ থাগৎলু। তাচৌ চাক চাশি। ওসি হায়বা মুমিৎশিংদগী কুইনিটিগী মৈ চুবা হৌরগদবনি।

রামু — মপান্দা লাউথখিবহ্ কনাবুনো ?

বিজয় — ঐবুনি।

রামু — পুরকখিবসিবা করি পোৎ ?

বিজয় — চেংনি। ইমাইপেম্মা তাকনু, নাকোংহ্ খুদোম্বানা য়েনশন থম্বীয়ু।

রামু — বিজয় নহাক ওমই হাইহুনম্নু লৈজদবা কনাদগীনু মতুংনা চাবা পামগনু। মশি লাইরবা কমাং য়মলনো। পী-খোকখো।

বিজয় — ইমাই হকপেন্মা ! চেংগী কারবার তৌবা লন-পারবা মহাজনগী টাটা গাড়িদগী চে' বোড় অমথক্তং লৌথহৌববু লিমালয় চাংজাউদৈ লৈপাক মচেৎ অমা লৌথোকপগ' অমহা নত্র'ন তাচৌ। (পোজ) কায়দে পলেম, চিন্তা মৎ করো - চ'কথুম !

রামু — অহুদি হনা ট্রবু শুকলানবু লান্দেনে। পুম্মক শুকলান লাক্লে। মহুদি অমত্তবু নত্তেনে ন'না নশা শোন্দুনা তৌবনি ২/৩ থাংথগদবনি ওমত্রগা হমা মৈতৈ চমু খাংলাক পুম্বা কৌ য়াত্রাও। কায়দে ইম কিরুমু—ঐ শিং শিরকে কোল্হোংলোমদা থোকখি)

বিজয় — ঐ চেং থাইদোকেশে। (বোড়া পুহনা মমুং চংখি)

মমাম্ভু মমুং চংখি

সামু — (এরিয় "এ") হচেন্মা, মী য়ায়া লা'বা তাজা ?

ইবেমহল — তাই। ঐ অমুক্তা অকিবা লৈতবনি। অহুবু ওসিদি ঐ অকিবগী মওং য়ায়া লাকলে। নমিৎ নবা শিং ট থোংগা লোনশিন্নবরা য়েংউ। এরিয়া "এ"

(ইবেমহল মনিং কাদা চংখি। সামু থোং য়েংশিন্না থোকখিবা।

এরিয়া "বি"

(রামু রাকোক ২ থক পুশিন্নকই থাংনা থাইদোকই-থমঙ। মমাবা থোরকুনা পুশনখিবা।)

মীনোক খেবগুবা , অঙাং কপ্পা, হুং লাকনা লাকনা খোংবনচিংবা এরিয়া অনিমক্তা তারো। সামুস্থু কিনা কিনা তুমগদবগী শেম শারী।

সামু — ( কিদবা শাত্থুনা ) অহম, থামমইদা। মম্মা মমলিবা হুরাঘবু চৎপরা কৈনো। অহম রাধা কৃষ্ণ শ্যাম কুণ্ড ফকাম চল্লি রামুনা ফকলাংদা মনা থমহুবা তাই। তুমজ্রি হাইবা মনাউদা থংহল্লি।)

উরা তকথবগী মখোল তারে

সামু — কনানো। অহম!! ( কিদব শাবা ) ঐগী লিচৈ মক্লশি লংবা থরা রাংলমাল্লেনেসে। ওসিদি তুম্বু রারোইদোরা। মপান্দহুম ডাইহাক ডাহো ডাংশোহুম চংথোকউশির, কৈনো!!

এরিয়া " বি " মচিন মনাও মু হৈনহুনা থকলি।
এরিয় " এ " ইবেমহল পাবৎনা মঙুং কাদগী চেস্থোরকউ।

ইবেমহল — সামু! ( পেঙ্গ ) নহ ক তারবরা ?

সামু — করিবুনো ইচেম্মা ?

ইবেমহল — নহাক থোং পুম্নমক লোনশিনখ্রবরা ?

সামু - ইচেম্মা নহাক চংলোকখ্রগদ্রু। থোং পুম্নমকস্তু লোনশিল্লবনি অঙক অঙকপা থোঞ্জেল তারকনি।

ইবেমহল— করি করি শব্দ তাবা থংই ?

সামু — মঙুংগী খোং মপাসিদা তেক-তেক তেক তেক !! দগ-দগ-দগদগ !! মীগী লুখনবা খোংথাংনি। উন্না পুম্নমক প্রোক প্রোক দম তুংবগী। ছুইস !! মুংশিংকী সংছম !! তাইগাকং লৈরগা ক্রোক-ক্রোক, চুপ তেম্পাক লৈতুম ওন খিবা। তিগ-তিগ তাগ তাগ অহুগা।

রামু বিজয়—(মেতাং চানা থরাই য়াউনা শিথ শিথ নোকললকই)

সামু —ইচেম্মা তসি তুম্নহুসি। ঐখোয় কাগ মৃত্যু মতমনি।

ইবেমহল—ঐসু অঙকপা ক না কিরবনি। অহুবু থাক্লিসু লৈরি। কনানবু কবি তৌনি। অসুম কমহুনা নোংতানবা তাইবা হারবহুনি। থুকউ মুখ শানা-শানা লৈনরী

এরিয়া "বি" রামু অমসু বিজয় কাবক তাউরি, তাউরি উরে। কথগী মওংদি লৈবাক্তা হেক্তা কয়জিনবনি।

রামু — ইমা মপান্দা অমুক্ত থোরকউ। (রজনি থোরকই)

রজনি — ইস ! ঐনা হৈনদবা থবক নখোয় চংথরেদনা—।

রামু — লাল চংলমদাইগী মথৌ শ লিবনি। (পোজ) ইমাদা য়া অমত্তা হংগে। (মমা কমই) হিঙ্গোলগী পাতা লোগী পাতাশি কনাদা লৈরি ? কনানা পাইরি ?

রজনি — হিঙ্গোলগী পাতাসু লোগী পাতাসু থাজনা থিনবা লৈতবনিনা আইন থংবা মখোয়না পাইরি। (পোজ) থাইদোক্তরসি হায়বা চুমিত্তা থাইদোক্তরগা লোয়রেদা।

রামু — থাইদোক্লবা য়ায়োই, পুম্না লৌগদবনি।

রজনি — পুম্না লৌবা ওইথোকলোই। নদ্দবা পোকলম্বা লৈথিংঅবা অডাং অচুগী মমিংদা লুপা লাখ ২ থক, মীং পান্দুনা বেঙ্কতা লৈরিমাগে।

রামু — লৌবা য়াবা মরম লৈদ্রি।

রজনি — অডাং অচু করিগুম্বা হিংলমলবদি ?

বিজয় — অডাং অচু হেক হিংলম্বদা লুপা লাক্ষ ২ ফংলববা ঐ হাংকে।

রামু — হিংবু হিংলঘম্ম - হিংবু হিংগ্রবম্ম মশক উবদা মীম্পুংশি পোক্কনি। হাংপা য়াদে। লৌশিংতনা শেল তানগদবনি ইমা অরাবা পুম্নমক কাউথোকউ।

রজনি — করিগুম্বা লাইবক ফজুনা লুপা লাক্ষ অনিচু ফংলবদি মীনাইগুমলবা ঐথোয়গী পুন্সি অসি অনৌবা লন পায়বা মপোক অমা ফংলে হাইনা খল্লগনি।

রামু — মতমশিদা লপা লাক্ষ ২ শেল নত্তে। লাক্ষ ২ দম্ম নত্তে, লৈরিবা মখোয়গী হিজোল ১ম্মু যুমজাউশি ঐথোয়গী ওইরবনি হায়না লৈরবদি কনানা শেল লৌগনি, কনানা য়ুম লৌগনি, কনানা হিঙ্গেল লৌগনি।।

বিজয় — চুমই, মশি হান্না খন্নথোকহৌবা ফরে। ইমাগী মীংদা হিজোলশি থমলবা। লৈরিবা যুমজাউশিমনা তাচৌনা ফংবা।

রামু —য়াদে। নৈমীয়গদবনি।

বিজয় — অহুগা লুপা লাক্ক ২ চুন তাচৌ—ঐখোয় অনি লাক্ক অময়ম য়েন্নবা তাবা।

রামু — য়েন্নবগী য়া মুকপন পনগনু। য়েন্নবা চুপয়া য়াদে।

{ ময়া চংখিহুনা সিলতর পেলাদা চাক পুখম ২, কংচৌ থবা পুখোয়কই।

বিজয়—কন্নিগী

রামু — কয়িগী হায়বনু নৈরিবা মুমজাও শিদ মতুবা মুমজাউ ২ অমগনু ইমাগী অমা, নংগী অমা, চাউবা লাক্ক অমা চংবা শাগদবনি। লেমলিবা লাক্ক অমনা পুন্সি হিংমনবা শিনগদবনি।

বিজয় — ওসি হয়েং থংদবা পুন্সিসদা লুপা লাক্ক অমা কায়ংখোকপা পামুই।

রামু — নত্রগা অশোম্বী ইমাদ। কুশি তৌজনবা পীশনখিবা তায়।

বিজয় — শিরগা লায়-প্রসাদি থুবগী য়া'মা ঐ মুকপাম পামদে। ঐ নৈত্রিতৈদা অশোম্বী ইমাদগী তাচৌনা মুন্দুনা লোথোকগ্রবদি?

রামু — পিসনবনু ইথুংনা পীশবা। মুন্দুবা লোবনু ইশামকনংগুম্বা থমোই পীকপা মীশক নত্তে—ঐ।

বিজয় —ঐসু কারাম চাউগম্বা তাচৌগুম্বা নত্তে।

রামু—প্রেম কায়নরকনি বিজয়। ব্যবহার কায়গনু।

বিজয় - কায়নবা হায়বদো

( রামুনা চাবা পুথম অছু পারবগ্তুনা )

রামু — কায়নবা হাংবুরো- (পুথমনা বিজয়গী মখোক্তা থোম্বা পাজল য়াউদবগী য়াতাং তাংলু।

বিজয় — ( থোশাদনা নোকথোকই ) ফুরিবা-তারকলিবা হায়হুরো— ( নোকলগা ) ইমা, নচা অহলনা ঐতোপ্পা হান্না থুং থারেকো। ( পোজ ) কায়দে তাচৌ ঐসু মী কন্না-কন্না হাংপা ভমলগদবা, হাংস্ত হাংখ্রবা মথৌ তজ্রবা বিজয়নিকো।

রামু— মুপীগী শাজত্তা অমম্বা অহাংবদা পাজল হকথে'নদনা ডাকু শাবগী য়াহু শুকতা তানিংদে।

বিজয় ( চাক হুকপা তোকথোক্কুনা থরাই য়াউনা ) অছুদি হায়য়ু, নন্দকুমারসি কনানা হাংলি ?

রামু— নংনা হাংলি-শিনিনে ?

বিজয়—হাংলিনে।

রামু—অছু, নং কল্লেনে।

বিজয়- কন্দবদি।

" রি " রজনি থোংজিন্দা তাদুনা লৈ
" এ " গোপালস্ত stepping মথক্তগী
কুমপরল্লি, সামু-ইবেমহল লৈবছু উই।

রজনি—নচিন ননাউ তাংনরিবা অছু শাউনরকনি। ইমা রা হায়গে, অতাং অছু করিগুম্বা চাউরমলবদি কনানা হাংকনি।

বিজয় - এ থাংবে।

রামু—হাংপা য়াদে

বিজয়—হাংকেনি।

রামু—হাংংলোই।

গোপাল — "এ" ইথেমহল, তুম্মুয়ো কৈদৌরী। সামু পোথায়ো হয়েং থবক যাম্না লৈ, য়াহৌ ভম্নবা। (গোপাল চংখিবা)

রামু— "বি" চেক হাংপদা লল অমত্তা ফংলোই। অভাং অহু কনানা তুয়ানখি কনাগী মথুক্তা লৈরি হায়বদু থংদনা থৌনা ফবা কায়দে। অভাং অঁহ ইথুং চল্লবা মতমদা ম বু চাউননবা য়োকলকপগী ক্ষেত্রিপুয়েল ত নগদবনি। পিশক পিকনা মহাকপু চাউননবা শেম্বিরিবা মীহুবুদু অভাং অহুবা কৈদৌঙুংদদু কাউবা ভমলোই।

অভাং অহু ঐগী নাক্তা লৈ। ঐনা মাবু চাউনবা য়োকলি। মহাক ঐগী ইচাগুম্না ঐনা তুয়াম্বুনা য়োকলকপনি।

( ইথেমহল ইমুং চংখি। সামু কমুংদা লৈরী )

বিজয় — মহাক মশানা থংনা মমং থিরকলেদনা। মপা হাংপদু ঐনি, মহাক হাত্তবা য়াদে।

রামু — করিগী ?

বিজয় — মপা হাংখিবগী লমন খুমলকনি। চেকশিনগদবনি।

রামু — কিবরা ?

বিজয় — কি। মশানা কিবা তাবনি। অদোংনি হায়রিবসু কোমথোকপা য়াদে।

রামু — অদোংশি চাউনবা য়োকপগী ক্ষেত্রীপুরোন তানগনি। মায়াগা জিতেন্দ্রবু হাংকনি হায়গনি। মতমচুদা মচা মশুবু মথক্তা কননবগীদমক্তা উইল, লৌগী পাট্টা, হিজোলগী পাট্টা অহু শোয়দনমক অটবা চেগা লোয়নন। লাম্বোয়কনি পুন্নমক অহু ঐখোয়গী হক চয়া য়াননবা খ্বাইগী মরু ওইবা লনগী দারতা পায়গদবা। জিতেন্দ্র, ইথুত্তা লৈরিবশিনি।

রজনি — নয়াম্বনা হায়বা চুমই। নয়াম্বনা অপাম্বহ ঐখোয়সু ইয়া তায়। য়াবগু তাবনি।

বিজয় — অহুদি ঙসিমক পাংথোকলসি।

রামু — পাংথোকনি। অরাংবা চৌং কাবদা খুনাম শেংথদনবা হায়া শিঙা তায়।

বিজয় — জিতেন্দ্র কদায়দা থমলি?

রামু — থমলি, মপা লৈবা মকমদা মচা লৈগনি। নহাক্না রাখল থম্বা রাংপদে নন্দকুমারবু হায়া হাংলুবননি। ঐ মাবু পুরকে। মঙোন্দা থাকব অমত্তা উহনবা য়াদে। ইমাগী উপায় অমনা থোং অমুক্তা হা দোকহল্লু। চুপী ঐগী ইশিন্দুদা পীরকউ। ঐসু ঐনা ঙম্বা হোৎনগনি।

(রজনি এরিয়া "এ" য়োমগী চংকমদা চংখি। অঙকপা শবদা লাউরকলি)

ভাইবাকুদা রামুন্থ থাঙ্গালরোমদা খোকখি বিজয় অহুম্মক লৈরী।

রজনি — ( মশক ডহন্দনা। খোং অমুক্তা হাংউ। খোং অমুক্তা হাংউ।

সামু — (মনিং থংশিং শিংলকই। ক-না নো ? কিভম শেম শাহ।)

রজনি - ঐনি !

সামু — ঐ হায়দা ?

রজনি — পম্বরগন্থ খোং অমুক্তা হাংউ ।।

সামু — ( লোম্বা কোবা ) ইচেম্মা ! ইচেম্ম !

( ইবেমচল খোরকলি )

ইচেম্মা শোয়জে তম্রলাই — তম্ররকলে ।

রজনি — ইবেম্মা খোং অমুক্তা হাংউ !! ( ২ )

ইবেমহল — ঐ থংই ! (পোজ) ইমা ওইবিরবরা ?

রজনি — মানি। নহাকা মাংগ্রবা নচা অহু লাকলে, খোং অমুক্তা হাংউ ।

ইবেমচল — করি ! ( শাই লান্বা লোকলকপ. )

পুক থেংলবা মতমদবু ইমা —

সামু — মতম চালে ইচেম্মা। সাশিন্নবনি। মখোয়গী খুদোং চাননবা ওসি হায়বা নুমিৎশিদা করিগুম্বা মওং অমা শিন্ননগনি। ঐ ঐজ্ঞাদা থংহনুগে।

Stepping মথক্তা খোংদৈ থুনমক কাখৎখি সামুনা

রজনি — ইমাবা হাইবসি নহাক থাজদে। মতম কুইনা মশক
উথিত্রবা শি-হিংদি থংত্রবা নচাবু য়েংনিংত্রবা —?

ইবেমহল— (মপী ঈবা চেয়া) ইমাগী নাক্তা তসিসিমতং হুংশিজরবা'
মপুক থম্না অরাম খোৱাংবা শীথকথিত্রবা ইচাহ্ নেলহৰীদো
ইমা — তসিদি নচাম্নু ইচিং চিংমরে ।

হুই লাক্সা লাক্সা খোংবা তাবি
রজনি উপায় লৈতহ্না চংলকনি।
বামুন্নু জিতেন্দ্রবু মমাইদা কি
অমুবা অমবা থুমজন্দুনা থোজালদৈ
এরিম্না (বি) য়োমদা পুশিন্নকনি।
চৌংমীগী মওংদা থিজন্না —
চাগদবমথৈ য়েংলি ।
সামু ১ম্বং গোপাল কুমথরকই।

ইবেমহল— বাজি, অমুক কৃমিন্না লৈংত্র ' হন্নমুক তাবিম্নু—
করাগী খোঞ্জেল মাথগে হায়না। মাংখ্রবা ইচা লাকলে
হায়না হম্না হম্র' তমনরকনি ।

সামু — ঐজ্ঞা পুলিসতা কোল তৌসিন ?

গোপাল— তায়খো । (মথোৎ অহুম্মক বা তাংলক্না
(এ) হায়না খোৱাংবা তাগদবগী
মওংদা লৈমরি ।
বামুনা মমাই হাংদোকপী ।)

((থি)ময়ামবু ১মুং মকমহুবু উবদা
জিতেন্দ্র পূমক্ক চকলি।)

জিতেন্দ্র - বাবা। (ময়াম খাই লাইটৈ)

রামু — হায়ু। করি হায়নিংহৈ ?

জিতেন্দ্র - ইমাদি কদায় ?

রামু — লৈ। থংনরিবা যুমশিনি। থেংলবনিনা থোং লোনশিনখ্রে।
শিনী যুমশিনা, মশিদা লৈরিবা নংগী কাকঃ ১মুং অথোক্তী
যুমনি।

জিতেন্দ্র — থেংলবনু থেংনা ইমা মশক অমুক্তা উজগে। বাব।
মচাগী থোঞ্জেল তাবদা করম্বা মমানা হিপু না লৈথোকনি

রামু — নমাগা নংগা উন্নদবদি মতম কুইথ্রবনি। নহাক্কী থোঞ্জেলবু
করমনা থংগদি।

জিতেন্দ্র — মচা হায়বহুগী থোঞ্জেল হেক তাবদা কনম্ন কুইনা।
কায়নথ্রবন্ন ইমাহুগী অশেংবা ঔ ওইরমলবদি মহাক
অহুগী থমোই মীহুল অহু পোথাকম থংলমলোই। ঐ
অমুক্তা হোদোকে। ঐ ইমাগী মশক উদন 'মুম লৈথোকপা
তমলকতরে বাবা।

রামু — ইমা, মমাবু অমুক্তা উন্নহৌয়ু। মচাগী থোঞ্জেল তাবদা
শোয়দনমক থোং হাংদোকচরকনি।

(রামু ১মুং বিজয় গ-শা, ২, ওন-
শিন্নৈ। মমুগী ইংগিত কবদা
মজনিন্নু ভাব ভাবগী মওং ক'ই)

সাম্মু — অহুগা জিতেন্দ্র, নমাবু ঐনা উম্নমগীদমক্তা মশী পোকোনী মখুত্তগী উইজ পাটা পুমমক মফাক্কা কায়রগা চৈথুত্তা শিন্নগদবনি। মত্রবদি মংশী থাবা ঐন' খুদক্তা হাংকনি।

জিতেন্দ্র — (হকচাই) ঐব চাইনবা থোকপীরকপিবা যাবাবু ঐবু হাংপীনবগীদমক্তা হিংবীরম্লিবরা' ? মপ'না মচাবু কমদৌনা হাংকম থোকই ?

বিজয় — ননাক্তা লৈরিবশি নপা মত্তে· শাশিন্নবনি। মহাক্কি মথম্মার লোপদবা কচেংবা লাউরিবা মীশক্তা ঐহাক্কি। নংবু পোকপ' নপাবুন্ন ঐন' হাংগ্রবনি।

জিতেন্দ্র — (হকনা·শাউনা) করি !!

বিজয় — করিগা মত্তে (খুৎনমনা কনশবা)

জিতেন্দ্র — (পাখংনা কপ্পা লাউবা) ইম' !!

(ইবেমচা, গোপাল থুক লাউবা কাউই, থোক্লেনদু ভাবনা সাম্মু পিটৈ পায়রখ্রেদি।)

সাম্মু — চংউ, নম'বু থৌ। থেং হাংদোকচন্নু। ঐ ন'বু হয়রাবা মীশক্কি-নপা মত্তে।

(মমা মচ অহুম চ'ঙ্গা মনিংগী থোংলোমদা মমাবু কৌদুনা পুশনখি।)

জিতেন্দ্র — ইমা ! ইমা ! (মথুংলোমদা কৌবা)

(ইবেমহল থুংওয়রকই। মপীংইমা চেনরকই
তৌরম থংনরকতে। মপা-মচাগী ফোটোদুদু
অমুক য়েংলি।

ইমা! ইমা। থোং অমুক, চাংদোকপীরম্মে ইমা। ভুরাবনা ,ছন্দুনা পুথিনা মচা জিতেন্দ্রনিনে ইমা। মচাগী খোমজেল খংডবদু, ইমাগী ফগৎপা মচানক ওইরবদি মচাগী খোমজেলশি তাবদা ইমাগী হকচাংদ বরিগুম্বা পুদম অমতা কাউথিনখরনে ইমা। মচাবু মতম খরা ইমাগী সেবা করেহনবীয়ু। সম্পাতি পুন্নমক কনকপীরসু।

ইবেমহল — বাজি মচা নৈবা চমশিন্নকত্রে — (খোমনাংজবা)
গোপাল— ঐদু চিংনরি। মথল করাগী চিংথনি ঐনা থম্বিবসি।
জিতেন্দ্র — ইমা! ইমাবু শক অমুক্তা উজগেনে ইমা —।

মচানা চাউবা মপুং ফাত্রিকাওবদি থোক্না ফিংমিন্নশিনে ইমা

গোপাল — (কোল পায়গেন্দু থনগুম তৌই) সামু চ্যেকশিন্নু।

(গোপাল Stepping থুনমক থাখং-
খিনুনা মবল থেরেল পাংখুনা কুম্নথরক-
লি। কাতমগী মক্কমদা নৈশিন্দুনা
নৈমি "ইমা" কৌবদি লেপলকত্রি।)

গোপাল — চ্যেকশিন্নু সামু। চ্যেকশিন্না থোংগী পুনা হাংদোকউ
(পুন্নমক কিনা নৈনরী সামু মনিং
চংদুনা থোং হাংদোকলুই পুন্নমক

চোকশিন্না চৎলকই । জিতেন্দ্র মাং
থাই । রজনী মখুংদা ইন্নহনা চং
লকই ; রামু ১নং খিজর থাপলপ
ইন্নরকলি । ইবেমহল মচ বু হক্ক
য়েংলি । জিতেন্দ্রনহ মমাবু হক্ক
য়েংলি । গোপালনু চোকশিন্না কন'
থংহন্দনা জিতেন্দ্রবু লোন্না য়েংলি ।

রজনি — সিদা লেপঙ্গিবীসি নংবু পোকপী ইমানি ইবুংঙো
(মমাবু চাগদরমথৈ মুন্না য়েংলি)

রামু — নংবু হেক পোকপী ইমা ইবেমহলনি ।
(ইবেমহল মকোক থুমই)

জিতেন্দ্র — (মপী তরং তরং শিন্দনা তপ্না) ইমা !!

ইবেমহল — (খোংজেল থোক্না কপলকই-কপ্ন' কপ্না) এনা এগী
ইচাবু থাজবা ঙমলয়োই । নহাক্কী নৌরব দিথান্দে হুংশিরং
খা ন্নরনা "ইমা' হাইনা কৌরকপা মতুমনিবে ইমানা থাংবা
ঙমদ্রিবসে— ইমানা ইচাবু থাজব ঙমলয়োই ( কপলি )
এহাক্না কপলিখসে "ইমা ' লায়ব' হাইহৌদনি ।

রামু— করিন' নচাবু থাজগনি । নত্তবা শাশমখা নচানি হনগদু
অশেংবা' নবুক্কগী তাবা নচামক্কি ।

ইবেমহল— "ইমা ' হাইবা খোবেল'হু ইমাদা অমুক তাবজনহনে
ইমাগী ইবুংঙো ।

রামু— থাজৌ, পীকলিবৈদা মচাশিংগী য়েংথংবা পাম্বোম মরকদা থুংখিবা • চা • অমত্তু লেংদনা লৈরি।

( ইবেমহল মচা অমত্তু সংত্রিক য়েংলত্তুনা লৈরি। রামুনা পাম্বোমদা থুংবা চা অমত্তু উহন্নি। মচাদা মুন্না য়েংলগা নিংশা কুয়না।)

ইবেমহল— (কপনা) থাজি, চুমলে— নঙ্গুনি। ইমাগী জিতেন লাউ ইমাগী থাক্তা—          ( মথুংতিংথোকলি )

জিতেন — ( চংশিন্দুনা ) ইমা!

( মমাগী কোনজবা গোপালন্তু দবল থেরেল থনমলগা।)

গোপাল  পোপোপুদু শিদা লৈরে লাউ  {  মগুবু চেঙেং কোন-
বংগীদমক পোপো হিংলিবশিনি।  বীরী কপনা কপনা

( ডাঙ্গাসিদা খীজম স্টেপীং য়োমদা চংখিত্তুনা দবল থেরেল অমত্তু পায়-ত্তুনা stepping ডাত্তুনা লৈরি। থদক্তু মরকদা রামু বজনি মীৎ-না শিংবথি লোয়া।)

অত্তাং চুয়রে। মতিক চাবা ইকায় থুয়বা উৎলু। ঐথোয়বুত্তু হুবমন লৈহনবীদনা।

গোপাল — তৌবিমল থংলব, পুকচেল চাউয়বা ইচা শরুবা রামু। ঐ নথুরানি। নথোয় পুয়মকপু ঐতনা নিংবা

থুংলমগদবনি। ঐতোন্দগী করিনা মতিক চাবা ইকাই খুমবা ওইগনি হাইবু?

রামু — মীওইবগী পুন্সিদা অপেনবা নাইদে। অহুম ওইনমক লৈরিবা লন-থুম পুম্নমক থাদোক্লুনা থাপলবা মকমদা লেংবিখিবা।

গোপাল — তাম্লপা কংবা নমনি। অহুবু হাথল লৈরবা নখোয়গী নকমদা ইও কংজবগী-মতি হায়খ্রিবা অহুনমু মতিক চাবা তৌবিমলগী মমল নত্রা!

বিজয় — জিতেন্দ্রগী মীংদা লুপা লাক ২ লৈরিবহ শিন্নবমউ।

গোপাল — মহুমকনু রাবনি মাতনি।

বিজয় — য়াখিত্রগনা —

গোপাল — অপাবহু হায়মু।

বিজয় — থুত্তা পায়রিবা দবল বেরেলসিনা শাগৈ তুম্না থৌগল তৌজগনি।

রামু — জিতেনবুহ অহুক হন্না উহল্লরোই।

গোপাল — (মোমোন নোক্লা) ঐ শিখিনি : শাগৈ মংখিনি! লৈহৌবা রাপনি। শাগৈ কালি তৈহৌগনি। অকোন অহান নায়না চৎচবা পুন্সিননি। নংখোয় ঐবোয়না শেম-লুহুনা চুমথোরকদবা অহাল অকোন নত্তে।

জিতেন — পুন্সিদা য়েক্লবা থমহুনা হিংগদবগী মহুত্তা ইশা ইশাদা আকা অপুন য়াওদনা ফুংতায়বা পুন্সি তাম্লুবনা চেন্না কগনি লোপো। লন-থুম পুমমক কদকপিরবু।

নস্ চাউরকগে। সাক্তি কৎবা অমদা চৎথ্রগি পোগে।।

গোপাল — (ফুরিত থাউইদে শো। বামুদা লাছোকপা)

শো চবুলসি প'য়ু। শোইজে খুদিংমকী চানবা হাং-দোক্নবা ইগুগী মমল শরা অপাম্বা থদু। ইশাদা করিব্নু য়াওদনা চৎখিগনি। মচুবস্ নথোয়দা থাজবা ওইয়গনি। থবক সুদনা মুংঙাইবা পাম্বা ম্বোনোপোলি পোলিসিংশিং ইগু হাকতক নংলময়ুমবদি থেংনরমগোইদবনি। লৌ পম্বি ১০. লুপা লিশিং কয়া চংনা শেম শারবা য়ুম হিঙ্গোল পুমনমক মাংবা লৈত্রবা বিগু'গা মপাম্না তপনা তপনা তানখিব ঙাকনি। নখোয়গা ঐখোয়গা থাপনখ্রবা মতুংদা য়া'ত্রবা ঈহৈনা তপনা তপনা পুক্সিনা হিংলিউভেদা লৈ-রিবশিংশিংদগী কো তাম্মুখিগনি। মতম অচুদা বিচার-পতীন লৈরবা মকম অসি, নিংথাইরবা ফুরা তাইলনা শং. ভ'গী য়ারেককম তাহন্দনা অমুক। হেন্না কজহনবা ওইহল্ল্। সামু পায়বা য়াবা থবা পাইরকউ। ললমবু লৈরবদি পাংথি কোমখি ফাউবা পু' ২৩.গী মমুংদা কোমুং ওলহনবদা থোয়না ওকলোই।

(সামু চংখিবগা ইবেমহলমু চংখি।
গোপাল তপনা তপনা থোংজিন
ফাউবা থোং থাংই হয়া য়েংলকলি)।

গোপাল — ইতৈম। বিচারপতি অমনা মুংঙাইখিবগুম মুংঙাইবা ওইখিয়ু। নবাউ চৎচরে।

তপ্পা থোঙ্গাল কাউবা থোকপ্রে। শামু
ইবেমহল মেয়োমমচা অমমম পায়ছুনা
জিতেন্দ্রগা লোয়ননা মুমছবু থুক্রম-
লমলগ গোপালগা পুন্না থোঙ্গালদা
তিন্নরে। হয়। অমুক পুন্নমক্তা
য়েংলকলি। ভাবকশিংগী খমোইদা
তাহনহগুম "তুম্মু তুম্মু নংবুতুম্মু"
হায়বা স্বর অমা তান্না তাই।

এরিয়া 'বি" য়োমদা লৈরিবা কাংবুনা মায় পুন্না লৈথোক-খিবগা এরিয়া "এ" য়োমদা লৈরিবা রামু অমসুং বিজয় থাক্না থাক্না নোকখি। রজনি ভরংদা অশিবগুম লেপলি। ঈশৈগী সুরসু ক্ষিপ্র হাইজবা লোয়বগা লোয়মিন্নখি।

লোইরবা

